# সৈনিক পরেং

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

শ্রীইটগী কুমজা
১৯৮১

ফোওবা—শৈরাংবা মণ্ডা।

খুৎলম—অহানবা।

মখা— দি মণিপুর প্রিন্টার্স এণ্ড মেনুফেকচরর্স, ইম্ফাল (মণিপুর)

কোপি মশীং—৭০০ (চাতরেৎ)।

মতাম ঁচবা মুমিং

[illegible] ১৯৮০, মেরা থয়ানিপানবা, শগোলশেন,

(অক্টোবর ১৯৮১)



মমল— কোপিদা রুপা ১২. (তরানিথোই) তনি।

# ৱাহৈ অমনীদং

লাইরিক কোঙ্গে হায়না অতয়না ইরুবা নত্তবা, মৃত্ লাকপ-লাকপদা ইবা খরগা সম্মিলনীগী ইখিবা খরগা, অসুম চোই-জাইননা তাকুনা লৈবা নুড়াইতবদগী সনরিক পরেং হায়না কোক্ত-লুপনি। লাইরিক্সি ফোড়বদা মণিপুর সরকারনা অহোঙবা চেপী কোটা পীনবনা ইতেং ফনা ওইখি, থাগৎলি অহনোং সরকারবু থরাম্নংক ম্নাওনা। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগী লম্মন্দি ফনা চাউই। প্রকাশনগী লুপা লিশীং অমা পীনৈ, তংখায়মদি হাম্না ফংহনবা চেদা শীজিন্নখি. লাকদোরিবা তংখায়না পেট-অপকী শরুক খরদি অহুম পুননি। নীংথিবা তেংবাঙসিনা অইবা ঐহোক্দনা অচোপা লম্মল অমা লৈনাক্তনা মশক নাইবা সেবা অমা অহুম ওইরবনি। ইতি

শৈরাংবা

# ৱাফম্মত্তংগা

অহল ওইবগী মিং শাম্বগা থনক্লগা কুপ্পগা অশোয়বা অরানবা হেক্তু নানশিনখি। অদুবু, পাবদা য়াম্না খীনমক কায়বদি তোরোই। অশোয়বা অনীদং লৌখংলি :

(১) মমিগী মমি ঙাক

মমিগী মমি ঙাক—

মমিদা পূজা

মসিদা সেবা।

মগিদা ওইনি, মসিদা হায়ত্তম থোক্তে হায়বা অশুম মথঙনি।

(২) বুর্গা মতাংনা বূর্কা ( বুর্থা ) নি হায়বা অশুম মথঙনি।

ঐত্তা

কংলি ঙসি সনা খুত্তা
সনল্লিক পরেং নশুনা
কারি সনা খুয়াথাদা
প্রেমগী পিবাং মিংলু থুম্না।
মুংলবনি খিত্ত ঙায়বে
নু শিবা স্মৃতি
মুংলরনি খিত্ত ঙায়রে
নুংশিবা স্মৃতি।

নশু
চোথে পাখংবা

# শৈরেং মথং মনাও

## স্নাচঙ-পরেং



## তেংথা পরেং



## স্তুতি-পরেং

## য়াকৈ পরেং



## লীক্রোই



## লীকথোম

# সনরিক পরেং

## য়াচঙ-পরেং

**অমা**

**( ইচাতোঘী মেশ্নগী মতোৌদা )**

**য়াচঙবা পুনশিগী মণ্ডলান**

কনানো নংবু তম্মু নপাউ নুংশিবি,
তাগে 'মুক্তা নপাউখোল তম্মু ফজবি।

ঙসি ঐগী য়াচঙলবা পুনশিসিদা
মুশি-মুশিরবা থম্মোইকোন্সিদা
নোক্নি নোক্নি কেকু লোং শাম্নররিবী
কনানো নংবু তম্মু নপাউ নুংশিবি,
লোংলরিবা করিনোং নুংশিনা কেকু।

নজক য়েংলে নুংশি নতো য়েংলে নুংশি—
নোক্লবরা ইমোম নংবু মল্লিকানা
মখোল থোক্লা হাপ্নি মখোল পাম্মোইবীনা।
কনানো নংবু তম্মু নপাউ নুংশিবি
লোংলরিবা করিনোং নুংশিনা কেকু।

সনরিক পরেং

নপাউ তারে নুংশি নখোল তারে নুংশি
নুজা শক্তম লৌ পাম্বোক্টবীগী থৃজিন্না
ঙংলবরা নংবু তাম্না। নুংশিনা।
কনানো নংবু তম্মু। নপাউ নুংশিবি
লোংলরিবা করিনো' নুংশিনা কেকু!

লৌবিবনোই' ঙসিদি ইমানা পৃজা
মখোঙথাদা কচ্ছবা পুনশিগী খোঁঙা!
নুংশিবিরু অহনোং; লাক্লবোই ঙসি
কোরৌনা ম্লাচঙ চেক্লা লৎসবা পুনশি,
তাররনি মদোম তরক খুশি খুশি।

শান্নবা পাম্বী মানি শান্নবা চৈহবী
নত্তে মানি মাদি শান্নবদ থংবী।
লাক্লিবনি অহনোং ঙসি কৌবা নোং
নৌজবী নুজাগী নুংশিবি চরৈ হোং—
শান্নররিবনি কেকু নোক্নি নোক্নি।

পামচৈজ মাদি কেকু শান্নে লেগে কেকু,
মীপুম থৃদিং থুপ্না মরুম শান্নে কেকু।
লাকই মখোল তরাদগী অহুম কেকু,
থিনি কৈদা কোঙনি করম মাবু কেকু।
ঙমদে কনা তরাই মাবু কোঙবা কেকু।

তম্মি লৈশাং মনম্মা পুনশি লৈকোয়নুং,
হেম্মি তঙাং মঙাম্না পুনশি খংগোয়নুং
ঙংলি ইশৈ মখোম্মা পুনশি লৈকোয়নুং—
তঙাং তঙাং নুংশিরি য়ুশিবা তিম্মা,
ঙংলি হাম্মি ঙংলরি নুংশিনা ম্মাব্রা।

উরে ম্যাচঙবা কয়া নোংজাবি থোকপা,
কোইরে ম্যাচঙবা কয়া চারিনা নিনবা—
উখিদরি অমুক্তা নুংশিবা অমুক,
উখিদরি অমুক্তা ফজবা অমুক।
পুনশিনা ম্যাচঙ নুংশিরুত্রা খঙদে 'মুক!

লাক্লে খঙলে ইমোম সা ঙসি কোবা নোং,
কারি প্রেম ভক্তি 'নীগা নুংশিনা লৈরোং,
হৈরি শান্তিগী ঈরা নুংশিনা লিরি।
কোয়রো মৈচাক য়ুংনরি ম্যাচঙবা পুনশি।
য়েংলি খঙদ্রিবরা ঐবু নোক্লি নোক্লি।

নুংশিদা ইমা পন্দেম নংবু নুংশিবী—
কোনখি নোংমা নীংসিংলি নুংশিনা থাদা,
য়াখি নোংমনা কাউদ্রি নুংশিনা শেগা,
শেল্লরি ঙসিনা নুংশিনা ইমোম সা।
খঙলে ঙসিদি ইমোম নংবু নুংশিবি।

হেল্লি নঙ্গী নুংশিবা চেংলো থম্মোইদুং,
ঙংলি নংগী নুংশিবা খোঙ্থাং লকানুং—
কারি থমোইনা প্রেমগী লৈরাং পিনা চাম
নত্তে প্রেমগী পি প্রেমগী লৈরাং লৈকা চোন,
কপ্পবরা খঙদে কায়ন-মৈথু হান্ লাং।

নুংশিদা ইমোম পলেম লকপি নুংশিবি,
ইমানি ইমা মানি নংদি নুংশিবি।

---

# য়াচঙ-পরেং

## অনী

( য়াচঙবা পুনশিগী মঙলান্দা )

চৎলদরা ঐব্রু 'ঙম

ওইরম্লবোই ঐদি তুরি ।
কৎলু পূজা ফজবগী,
চৎলু সেবা নুংশিবগী,
ওইরম্লবোই ঐদি তুরি ।

ফমলুই ঙসি ঐ মাংগোন্দা
ইদোম চিপক য়াচঙবদা ।
থল্লবা সৈতে য়াখল্লি 'মত্ত
পাম্নরুবা তোদে থবক্লি 'মত্ত ।

তিল্লুদে জগৎ জগত্তা লৈনা,
তাক্লুদে ইমুং ইমুংদা লৈনা ।
পাইক্লবরা ঙহাক অশিরমদা,
হল্লিদরা খঙদে মিহুন নুংদা ।

থোরকখি খঙহোদে অতিয়াদা থা—
ঙক্ল্‌বরা খঙদে ঐগী ইত্তোদা,
য়েংলকখি ঐত্তোন্দা মূনা মূনা থা ।
নীংসিংখি থম্মোইনা মাগী মত্তোদা

সনরিক পরেং

নুংশিবা চেংলৌমা ওহাক মমুবা
নুংশিবা মখোনভম ওহাক কাউরুবা।
থওদে করি থল্লুবা মারুই থম্মোইকোল,
থেংনরুই তমনি থম্মোইগী লায়ুমকোল।
থওলে ওইরম্লে ঐ তুরি।

য়েক্লম্লে লোইনা থরায় মমি তানা
ফজবা থিবিক পুক্নীংনা তারুবা
ফজবগী জগত্তা,
নুংশিবা থিবিক থরায়না তারুবা
নুংশিবগী জগত্তা।
থনবু থল্লম্লে চিত্রনা লায়ুম
থুংবু থুংলম্লে কাজুমগী কাজুম।

হেল্লী চিত্রনা নুংশিনা ফজনা পরেং পরেং
থম্মোইগী লায়ুমদা।
হেল্লী থল্লুই থরায়া তগুপ তরেং তগুপ তরেং
অতিয়া মকোয়দা।
থরো থম্বাল থারিকথানা তনৌ তনৌ পরেং লেং
অশংবা ঈশিংদা
যাতি যুতি মল্লিকা মধুমালতীনা তমেং
শংবানুবা লৈকোন্দা।
থল্লুই 'মৃকসু উথম্বাল,
মেপৈ লৈয়া নোংজুম্পাল,
চীংগী লৈহাও চীংথরাউনা হেল্লী লোম্নায় পরেং লেং।

মেশানি চিত্রগী মেশানি নীংথিবা,
তন্নাম্মি তুরিগী তন্নাম্মি নুঙাইবা।
থল্লুই পান্নে ঐগী পূজা ফজবগী,
নুঙাইরুই শান্নেদো সেবা নুংশিবগী।
ভাউরুই ঙহাক মঙলান্দা,
কান্নখি মঙলান মিকুপ্তা।
সোনখি থম্মোইনা মদোম্মি তুমিন—
কদায় মাদি ফজবা,
কদায় মাদি নুংশিবা।
মমিগী মমি ঙাক,
মমিগী মমি ঙাক—
মমিদা পূজা,
মসিদা সেবা।
ন্নারৌখি পূজা মহাদেববু—
করি থোক্লে মহাদেব,
চাকথেকৈ নংনা কামদেববু
মশাদ মচাক
মথরায়দি থাক
করি থোক্লে হায়বু দেব।
তোংলে মথবায়না থম্মোই থুদিংদা,
মোংলি মতোনা মায়থোংনি থুদিংদা—
লম্মুক্করি পূজারী
ফজবগী পূজারী,

মনরিক পরেং

লম্মাংনরি সেবারী
নুংশিবগী সেবারী।
ক্ষংলি পূজা মম্মিদা
চঙলি সেবা মম্মিদা।
করি থোক্লে হায়ম্বু দেব!

মাঙলে পূজা,
মাঙলে সেবা—
চংলদরা ঐবু সুম,
চংলদরা ঐবু 'সুম।

———

# য়াচঙ-পরেং

## অহুম

( ঐনী ইমাক মেরাপী প্রাক্তনা )

পুনশি-লীলাগী দৃশ্য অমা

পুনশি
মীওইবগী পুনশি
লীলানি লীলা,
অশেংবা লীলা।
ম্লেংসি দৃশ্যমা,
ভশেংবা লীলা!

নুজানি অমা,
কোলোম্বনা মেমচা,
য়াইফবা মপাগী য়াইফবী মচানি,
তোই নুনা মপানা অতোন অতাংনি।
পাঁউ কেনা নৌনা মপাগী শেপাদা,
১ঙৈজ য়াইফ পুনশি মপাগী মঙান্দা।
খন্দে খল্লুদে নোংমত্ত মপা শিনি,
খল্লবগুম খন্নি য়াই
কোনগনি মপাদি অমব মতুং হুম্মি।
পাঙ্গে লুম্মা মথরায়।

চংলি নুঙ্গা নুঙাইরুগে থোইনা থর
মবুংগীদা।

লাকখি তার নপা নাই চাদে মওং থর
লাকউ য়ুমদা।

তনিক মথম্মোই পাই য়ুম নুংশা থীরবী।

অঙাংনা থত্তোকপি
থোওইনা শেত্তোকপি
তাত্তবগুম লৈদা চোইজাইননা লৈনা
তারম্রে মপাদি উংফুলথক্তা চোইনা।
মথম্মোই থ্রক কং তাখিদে মমিত্তা পি।

শোরাং নুমিংনি,
লোইরে সোনবা।

নিপা নুপী পরেং পরেং চঁতি কোয় লৈ,
চক্র শিগু শয্যা কংলি চাই লোইনা লৈ।

কপ্নি লাউনা কনানা,
হিকই তুমিন কনানা।

য়াওদে মিংফম্নি অমত্ত পি তাদবা,
উদে মিংলুনি 'মত্ত পিরাং হোদবা।

কংলিবরা থঙদে লৈ প্রেমগী পিনা চায়
নক্রে পি, প্রেমগী পি লৈগী লৈকা চোন লাং

তাখি খোনশিমা
মপা কৌবা।

শেংমক কায়ননি।

মপাই কোটো উ কারখিবরা থম্মোই শেং

ম্লাচঙ পরেং

তাখিবরা খঙদে নুঙাই মচেং মচেং,
কৌখি কৌহৌরগে মতা পেন্না পাজি
তকখি "খুম্ন 'মুক্ত ঐনা কৌবা পাখি!"
ফংখিদে পাউখুম,
ফংখিদে পাউখুম,
খোবাংবা পাউখুম।

অসিনি পুনশি,
মীওইবগী পুনশি।
লীলানি লীলা,
দুঃখাগী লীলা।

মহাকবিগী খুৎকম
মাগীদ ওইবা খুৎকম।
কিক্কবরা খঙদে কাউখিনি মাবু মী
সেল্লুরবা পুনশিবু সুখাগী লীলা,
সেম্মি পুনশি, খাক্কে 'মতু, মহাকবি
দুঃখাগী—দুঃখাগীদ দুঃখাগী লীলা।

# য়াচঙ-পরেং

## মন্নি

(য়াচঙবা পুনশিগী মঙলান্দা)

পুনশিগী লক্তম

পুনশি
মীওইবগী পুনশি
ঙ্রাক্লীনি নুংশিবা পঙনা লীনদবা,
কাব্যনি ফজবা পঙনা পানদবা।

নুঙাইবগী মতাংনা কন্না অমনি,
কান্ন হেদো থম্মোই শিথ শিথখেক তাই পি।
অবাবগীনা অমুক কন্না অমনি,
নুঙোন্নি থম্মোই—শিন্থে খক্তে তাই পি।

ফজবদা থঙদে নুংশিবদা
জগৎকী ম্যাদ্রেং থঙদে শৈরেংদা
মপা অমা লৈত্রবা
অরোইবনি অরোইবা।

নুঙাইবগী মীনোক
অবাবগী পিন্নাং
মথন মথন
পন্নেং পন্নেং

খন্না খন্না সেং

ফজনা পরেং

স্বারেং শৈরেংবনি 'সি মণ্ডায়রে ম্লোরবা

'সিমন্তংদি মন্নাংপ্রা হাযনী'ঙাই স্লাংদ্রবা

'মরোমদনা ফজনা নুংশিনা সাক্রবা

মল্লিকাগী পরেংগম অদুম মথোক্রবা

মহাকবিগী মহা কাব্যনি দুঃখান্তু,

দুঃখান্তনি নুংশিবা ফজবা দুঃখান্ত।

---

# য়াচঙ-পরেং

**মঙা**

**নোংমা পূর্ণিমাগী অহিংদা**

পূর্ণিমাগী থা

হেল্লি অশংবা অতিয়া মকোয়।
সনাগী পুখম নোনা ফুদোংবা
তাউরি ঈশিংদা ঈশিং অশংবা।
নোংথিরি নীংথিজরি নোংথিরি
তুরি পুক্নীং থঙদে করিই তুরি।

পূর্ণিমাগী থা

হেল্লি অশংবা অতিয়া মকোয়।

**লীংলি লাল্লি থা**

লৈচিলগী পল্লোল—মরোম্নি মরোল।
থঙদে কনানো শাম্মরিবা কাং,
কাপ্নি কেনা নো শাম্ মল্লাই কাং।
নোংথিরি নীংথিজরি নোংথিরি
তুরি থম্মোই থঙদে করিই তুরি।

**লীংলি লাল্লি থা**

লৈচিলগী পল্লোল—মরোম্নি মরোল।

পোকখি থম্মোইনুং
নুংশিবা অমা কপ্লীংবা পুক্নীং।
লৈনিদো ঐদি লৈশাং লোইরবা,
হৈনিদো ঐদি হৈমুন ফারবা।
উখিনি কয়াম ফজবা তয়াম
য়েংখিনি কয়াম নুংশিবা ময়াম!
পোকখি থম্মোইনুং
নুংশিবা অমা কপ্লীংবা পুক্নীং।

তারি নোংমা ঐ
নোংমনি থুনা কমদা অরোইবা।
কপ্লি ইচাশিং পিনা মশা পুম,
লাইরি ইশূশিং পিনা মিংলু থুম।
য়ুংলি ইতালোয় কানা মথম্মোই
শক্লি ইরোয়শিং নুংশিনা কোলোয়।
তারি নোংমা ঐ
নোংমনি থুনা কমদা অরোইবা।

শান্নি শামজিল্লি
থর থর অসুম মুম ঐগী মিং।
কোয়োনা য়াচঙ নোংজানা কোনশিল
ওমখি মথাদা ক্ষিমুনা য়োমশিল
শামখিবওম মুম হৈপাল লৈপালশিং
শান্মি শামথরি নুংশি চেংলোশিং।
শান্নি শামজিল্লি
থর থর অসুম মুম ঐগী মিং।

শায়ে মিংনা শাম
ভারি মরি নুং নুংশি চেংলোশিং।
য়েংশি মিকম ছৈ পেন্না চিংনা চিং
য়েংচোরপেশি চেংলো শঙ্কম ভিং।
য়েংশি পিনা ফুন বানা থরাম পু
লোইরবনি থঙ কায়নমৈনা ফু।
শায়ে মিংনা শাম
ভারি মমিনুং নুংশিচেংলোশিং।
ভাম্বি ভামথোক্লি
থর থর অসুম সুম ভাইবংকোন।
ইপারি ইমোম নুংশিবা ইরোম
কোঙ্গি ইভারোম নুংশিনা কোলোম।
ভামখি থাম্বীনা থর থর সুম
মুথখিঙম সুর মুথখরি সুম।
ভাম্বি ভামথোক্লি
থর থর অসুম সুম ভাইবংকোন।
নক্লি নক্লিল্লি
থর থর অসুম সুম থমুংকোন।
নুংশিবশিংগী মুংশিবা কোলোম
কৌরকপা পেন্না কায়না মথম্মোই
তারক মিনা ভাম কায়বো শেং থম্মোই,
বরি ভোঙনদ ভারি মচেং থম্মোই।
নক্লি নক্লিল্লি
থর থর অসুম সুম থমুংকোন।

নিরি বিদায় পি
পীরি অরোইবা মঙ্গল আশিষ।
ক্যাজিনখি লৈয়েং নিঙমদ বিদায়
পীঙমদ আশিষ পুনশিগী লমদাই
চেল্লি ঈরী প্রেম লৌরি পিগী শক
শিন্থুরি মিত্তা অনীমক্কী শক।
নিরি বিদায় পি
পীরি অরোইবা মঙ্গল আশিষ।

চংলি সুম চংলি
তাল্লি খম্নুং জ্ঞান 'মূক মম অমূক ভাল।
লাকখি খঙহৌদে পোৎলায়গী নুংশিং
হুমদেক্লি তকচাং চাকথেক্লি মৈ শিং।
লাক্লি ঈশিং পোলোইগী অভাওবা
কিরু কৌরি মিপাই থাবাই ইমা।
চংলি সুম চংলি
তাল্লি খম্নুং জ্ঞান 'মূক মম অমূক ভান।

কিনু ইমা লৈ
লেপ্লে মাঙদা পলেম্মি অপোকপি।
তাখি খঙহৌদে মখোঙদা ইমা
লৈখিদে মমখি জ্ঞানগী মচেৎমা।
লৈরম্লে লাকউ জ্ঞান্না মথাদা
থাদক্কী অঙাংগীনি মশক্তা।
কিনু ইমা লৈ
লেপ্লে মাঙদা পলেম্মি অপোকপি।

সনরিক পরেং

ইল্লি রাদা খোম
নুংশিবি ইমা পোপ্লোপ পোপ্লোপ ফু।
ভাল্লি ঐ তুমখুল খোল্লাং রাদা উম,
শক্লি নুংশিনা ইমানা নাউগুম।
ইমাগী মাউগুম ঈংলবা চা হুম
খিকথরি শাক্তি কোক্লি মৈচাক 'পূম।
ইল্লি রাদা খোম
নুংশিবি ইমা পোপ্লোপ পোপ্লোপ ফু।

কারখি তন্না মঙ
কারম্নে থা তিন্নাদা ফনা রাং।
হেল্লি মশানা অভিন্না মকোয়,
হেল্লি মঙাম্না মালেমগী লৈকোয়।
ফজবা কনাই ফজবা মায়খোং
তম্লি খঙদে থা নুংশিবা শকওং।
কারখি তন্না মঙ
কারম্নে থা তিন্নাদা ফনা রাং।

নোক্লি মোমোন থা
ভান্নি ভম্বগুম মশাগী মপাউ।
লিক্লি ওসি ঐ শিথনি হয়েং
ভানি নোংমনোং ঈশাগী ইয়েং।
মম্নি শিনি ঐ থাশি কৌবা নোং
দাক্লি অমুক ঐ মোংবা পান' কৌ নোং।
নোক্লি মোমোন থা
ভান্নি ভম্বগুম মশাগী মপাউ।

এহ্লোটৈঙদগী
লাক্লবনি ঐ ম্রাওরবনি সুম।
ম্রাচঙলে পুনশি যুমজু'ঙি ঐহাক,
ম্রাথোক্লে পুনশি লমথোকই ঐহাক।
কায়দো লেপ্তে ইমাগী শাম্রবুং
মালংনা কোনবা নুংশি লৈকোযবু'।
এহ্লোটৈঙদগী
লাক্লবনি ঐ ম্রাওরবনি সুম।

খল্লুই করি নং
উররোই তয়াম নুংশিবা তেংবাল।
কাবি ঙসি নং ইমাগী লাইবুং,
কারগনি অত্থম হয়েংসু লাইবুং,
সারথিগনি জগোইসু কয়াম,
শরুগগনি ইশৈসু কয়াম।
খল্লুই করি নং
উররোই তয়াম নুংশিবা তেংবাল।

খঁঙি ঐ রায় নং
পুই নংদি মৈচাক চাম্মনি চাম্মা।
পুনশি লমথাংদা লমতৃপ খুদিংদা
রাখৈরম শিনা মংফম খুদি'দা
চান্নবা কয়াম পাম্মবা কয়াম
লাক্লবনি নং যুগনি কয়াম।
খঁঙি ঐ রায় নং
পুই নংদি মৈচাক চাম্মনি চাম্মা।

সনরিক পরেং

পুরো কদৌনি
নত্তে কদৌ শাপ ইমাই থোজান্নি।
শান্নগে নুঙাই সেম্বনি নখোয়
পীনবনি জ্ঞান ইমাসা থম্মোই।
পুবনি 'থুনা মালেমগী লৈকোয়,
খঙবনি 'তুনা ইমাগী লৌকোই।
পুরো কদৌনি
নত্তে কদৌ শাপ, ইমাই থোজান্নি।

পাল্লু থম্মোই মী
ল্যাঙ্গি নুংশিবা নংই অরাবা।
ওইরু নংনা মী ল্যাঙ্ন্বই নুংশিবা,
ল্যাঙ্ন্ব নুংশিবা নংউই অরাবা!
নংউ অরাবা থংলুই কপচবা,
পুরুই তুনা নং মৈচাক অকনবা।
পাল্লু থম্মোই মী
ল্যাঙ্গি নুংশিবা নংই অরাবা।

খঙলবনি নং
অরাবা মশক অরাবা মৈচাক।
কুল্লো নশানা অরাবা শক্তম,
শক্লো নশাগী অরাবা শৈফম
কারো লাইবুংদা অরাবা সীলা
তাবিনি মিংশ্লেং নুংশিনা ইমা।
খঙলবনি নং
অরাবা মশক অরাবা মৈচাক।

চানবিনি ইমা
উবদা নঙ্গী অয়াবা লীলা।
য়াজরে ইচা লৌবিনি থাদা
কোনবিনি চেৎনা নুংশিবা তমদা।
লীক্লনি 'পিথক 'পিথক্লি অমা
লেংশিন্নি লীক্লক নুংশিবি ইমা।
চানবিনি ইমা
উবদা নঙ্গী অয়াবা লীলা।

হেঞ্জগনি নং
ইমাগী ৎঙ্কা য়ুগনি পুন্না।
য়েংউ অশংবা অতিয়া মকোয়
হেল্লিবা থয়ান পয়েংনা খোয়খোয়।
হেল্লি পয়েংলক মকুপ্পি ময়াম—
ফজবা শরুক থাংলিবা কয়াম।
হেঞ্জগনি নং
ইমাগী ৎঙ্কা য়ুগনি পুন্না।

কারে কোক্তোন থা
পীগুম তৌরি বিদায় মোমোন মযোন
চঙলে ঐ ইমুং কারে 'তুম ফমুং।
শক্লি নোংজানা নুংশিনা হা হুম
খোয়েল মঙলান্দা অসুম তাউনা তাউ
তাগুম তৌরি সুম থাজগী মপাউ।
হেনগুম তৌরি থা
থম্মোইগী তিয়া নুংশিনা মোমোন।

## সনরিক পরেং

শিন্থরকই পি

খঙদে করিগীনো শিন্থে 'তুম্মা।
চৎলনি খল্লু নোংমনি থুনা
কপ্পুবরা খঙদে থম্মোই মানা।
লুপচবা মানি ঙসিদা লোইনা
হন্নেংগী নহালগী পৃম্মম মম্মা।

শিন্থে 'তুম্মা পি

শিন্থে 'তুম্মা পি শিন্থে অদুম্মা।

# য়াচঙ-পরেং

## তরুক

### পুনশি শৈরাংবা

পুনশি,
ঐগী পুনশি,
নাউরা ওইদৈ পুনশি,
নীংসিংলকই নংবু ঙসি,
থুংশিন্নকই নংবু ঐনা ঙসি !

নংনা সেম্বিবা ঐগী কোর অহেনবা
মঙলান্দনা সাবা—থবিয়ুম নীংথিবা,
লাইরেমগী খুভম মালেমদা থাবা,
নীংসিংলকই ঙসি মঙ্গী লম নুঙাইবা।

থোকখি নুমিৎ্থা
মঙ্গী পন্থুদা
শজিক খবা থরাম্মিচা—ঙামখি থোইনা .
নীংথিজখি তিম্না, লংখি থোইনা হেন্না।

লোনখি মরোল লোইনা হৈহ লৈ।
খওনৈ হেক্ত ইরোল মরোল,
শারখি ঐখোর,
শামিন্নখি জগোর।

## সনরিক পরেং

তারখি উচেক কয়া ইনুংদা,
মচু মচুগী ঐগী কোরদা,
লীক্লাচুম্পি লৈহিচুম্পি
পিক্তক পিক্তক ঐহাক্তুম্বি।

লোইল্লে মরোল হেক্ত হোরৈ।
লঙৈ হেক্ত ইরোল মরোল,
শাম্নখি ঐখোয়
হৈখোঙ লৈখোং তন কোয়'।

লাউবকখি উনানা উপান্দগী কেল্লক
সারক্কে ঐ জগোই লৈনা লৈনা তারক।
খৃখি ঐনা খৃবাক জগোই য়েংনা য়েংনা
ফন ফন তান্দা নেংনা মাগী খোঙলৈ চানা।

রাংখিদে পোংলম ইকে সেম্নবা,
সেমখি উফুন্না সেম্নীংবা ইকে।
নংখিদে চরৈ নমদা থোংনবা,
থোংখি মান্নগেনা পামজবা ফিগে।

লৈপাল খৃদিংদা শাংখি পারিজাত,
হৈপাল খৃদিংদা পানখি অমৃত,
লাইজ খৃদিংদা চেনখি অমৃত,
থকখি চুপখি অমৃতনি তাক্ত।

শকখি ইলৈ—চেক্লানি অপিথক,
থেকখি জগোই—শীংঙেম্নি অপিথক,
চোংখি ফনখি—ষগ্লাউনি অপিথক,
মখ্নি মঙদ—মঙত্রংনি অপিথক।

লাক্লয়ে ফনা শাং
লৈরয়ে ফনা তাম।
নীংসিংলুই নঙবু খঙদে করিনো ঙসি,
নুংশিরকই নঙবু নাউবা ওইঙৈ পুনশি।

ভিহেল্লোরে নংনা মতমদা
তায়রে ঐনা তাইবংদা।
লৈত্রবনি অমুক উম্নরখিগনি,
লোইরবশি পুনশি হন্দকসিমগীদি।

পুরকপঙম মালংনা চন্দনগী মনম,
পুরক্লিয়ে স্মৃতিনা নুংশিবা ননম।
নীংসিংলকই নংবু নাউবা ওইঙৈ পুনশি,
মুংশিরকই পাম্নুরকই নংবু ঙসি!

পুনশি,
ঐগী পুনশি,
নাউবা ওইঙৈ পুনশি,
নীংসিংলকই নংবু ঐনা ঙসি,
শিম্বরি করিগীনো খঙদে পি!

# য়াচঙ-পরেং

## তরেৎ

### বিদায়

লোইরে মতম নুংশিরোয়শা,
লোইরে ঐখোই মতম।
চৎলেদো ঐখোয় অরিবা পথাপ,
লৈহোরে নখোয় অনোবা পথাপ।
পুহোরো লাইবুং ইমাগী খুভম,
কাহোরো থোগল ইমাগী শৈভম।
খোঙভয়জো নুংশিরোয়শা,
ঈংনা পুনশি খোঙভম।

শীরুগনু কদোনুংদা
ঐখোয়বু অপঙবা।
তৈনরে নখোয়গা পুনশি মিৎকম,
থৈনরে নখোয়গা পুনশি খোঙভম,
করিননো সিদ য়েংবা তম্মু,
অসিননি তুদ খঙবা তম্মু।
ওইনজো পুনশি লমশাংদা
লমজেনচৈ খুৎলোয়বা।

শৈশক নাইবা মতম মানি,
        শৈরোল শূবা মানি।
শকই ইশৈ মাদি মফম য়েংনা,
পাল্লি সুর পুই তাল মতাং খঙনা।
মাগী সুর মাগী তাল য়েংহনা
শকই ইশৈ সাই জগোই জগংনা।
ইশৈ পূবা মতম মানি,
        জগোইসু পূবনি।

শকখি ইশৈ 'খোয়সু অহুম
        সাখি জগোই অহুম।
হাপ্লগনি হুবু খোল্লে খোম্বাং
শাথেক থূথেক কয়া খোঙলৈ খোঙথাং
নীংখিজবা শীংদা শীংথানবা
জগংনা থাগংপদ থংনবা।
হাপ্লগনি শৈহেক অহুম
        শাথেক থূথেক অহুম।

চোপ্লোই নখোয় ঐখোই ইশুং
        থুংদ্রে থুংদ নবুক।
হোংবমনি মতম্না শৈশক্না,
লোখিবননি শৈরোল মথংমা।
শক্তে মাদি হন্না শৈশক্নত্ত
শৈরোল মথং অমা লোই হেক্ত।
ওক্লখিনি মাগী মশুং
        করিনুংনো নবুক।

ম্লেংগু হাপ্পবদ শৈহেক
শাথেক থৃখেক খোঙথাং।
তম্ম নবুক জগোই মপুং ফাবা
ইমাগী হয়াউ মথোই কানবা।
থোগাইনি ছুনা নথোয় চারোলগী
নত্তে পাউথোকপনা পারোলশিংগী।
হাপকৎলু নীংথিবা শৈহেক,
অনোবনি খোঙথাং।

পামত্রে অরিবা শৈশক্না
শক্লগনু অচুম।
মতমগী সুর হৈনদ পাঙ্গো,
মতম মাগী তাল হৈনদ পুজো।
সেমদোক সেমজিল নখোয়গী নওম্নি,
জোথোক জোশিল নখোয়গী ননীংনি।
পামত্রে অরিবা খোঙথাংমা
থাংলুগনু অদুম।

শীরুগনু নুংশিরোয়শা,
ঐখোয়বু অপঙবা।
সারঙনি সাবদনি ঐখোয়
মতমগী তাল সুর চায়া জগোয়।
তৈনয়ে ইশৈ নখোয়গা শৈহেক
থৈনয়ে জগোই নখোয়গা থৃখেক
থারুগনু নুংশিরোয়শা,
ঐখোয়বু অপঙবা।

চৎলে ঐখোয় নুংশিরোয়শা,
লোইরে ঐখোই মতম।
কাহোরো লাইবুং পুহোরো খুভম
চঙহোরো থোগল ইমাগী শৈভম।
শকউ হৈনা মতমগী সুর পাল,
সাউ জগোই পু হৈনা মতমগী তাল।
পাক্লো পাক্লো নুংশিরোয়শা,
ঈংনা পুনশি খোঙভম।

লাক্লপনি নপোই চারোল
ইল্লকনি শৃরোল।
শিয়রম্মু লুনা ইমাই খুভম,
শীয়রম্মু শোয়দনবা শৈভম।
তাকপিরম্মু কাউহৈদে কদোনুং
ইরৈবাক ইজাতিবু করিনুং।
বিদায়রম্মু চারোল শৃরোল
নুংশিনা নপাউখোল।

চৎলে চৎলে নুংশিরোয়শা,
চৎসে ঐখোয়, বিদায়!
থিক্লনু ঐখোই দোম থিক্লনু,
চুপ্প্ন্ কাংঙুম গুণদ মচুপ্প্ন্।
শকউ ভেংথাউ গুণদ থাউ নুংশিনা,
দোমগী পুংনি মী থঙনৈ লোইনা।
চৎলে চৎলে নুংশিরোয়শা,
চৎলে ঐখোয়, বিদায়!

# য়াচঙ-পরেং

## নীপাল

### মুংশিনরা পুমশিসে

চংলি ঐখোয় নোংমা লঙ্কাদা
ইশূশিং অমগী ময়ুমদা
যাত্রিক গাড়ীদনি, লেপ্লি 'ছুনা ইষ্টসেন খূদিং—
কাংদে মী ইষ্টসেন 'মত্তু, কায় কুপ্সি অরেপ খূদিং,
ঈপৈ থোঙদা হেক হেক অকা অকুম—তাম্নে অঙম,
থোক্লে পাংগল হৌনে মতীং লিংনৈ অঙম অঙম।
কূপ্সেনি নুঙাইবা কূপ্সে,
গাড়ী নংবা ভারতকী
সিট থুংদবা প্রজাগী
অঙকপা নুঙাইবা কূপ্সে।

ম্লেংনা ম্লেংনা অত্থম কূপ্সে
থল্লুই পুক্তা নুঙাইনিদা
ফমজরবা মতেক খিত্তু
কনা য়াওদ নয়থি হানৈ।

আশা হায়বত্থনি অত্থক মতৌরুবা—
চাথু'ফিথুংরবা ভারত লৈবাকসিদা
মীনা মাল সাবা গাড়ীগী লমদমসিদা
থোক্লগনি করম কোয়া ঈংনা চংপা।

লাকখি পরেং হকুম ফিনম হুমাং মনম
খানম শীন্নম হিংগাই মনম—শাংখি লৈশ্নম।
কয়ৈ কিরিক কিরিক ঈন্ন-ঈন্ন
নমখিবনা তিঙ্‌খ্রা পরেং।
লেপ্লে মুংলৈ চিংলু চায়ক্ল চন্দ
অমোংপনা তুজুংবা পরেং।
ওয়ে চাক্লে গতি লৈতে
ঙৌরে কারে চত্ত য়াদে
চংলে অহুম প্রোক প্রোক চাক্লা চাক্লা
নবক কোমদা ঙকফাও লুপ্লা লুপ্লা।

য়োরে যমুনামুখ কুয়ে মী ফনা য়াম,
লাইকুনি অমখি মনীং অকাবা মীয়াম।
লাকখিদে কনামত্ত ঙহাক ঐখোই কাদা,
হোনখি 'হে ভগবন' সোয় ঙহাক লৈতা।

পীয়ে গাডী হুইশল শাংনা
লেঙ্গুম তোরে খরা মশা।
লাকখি তহা তহা মীকোক অনী—
নুপীমচামগা মপাগনি।

ওইরমগনি নুপীমচাদো চহী কুমপীগা,
মোশীংদি চন্নবীনি থোংতি মশাদা বুর্গা।
হলি পুন্নাল বুর্গাদো মুই চঁতি লক্লোগী ষ্টাইল,
মশা পুন্নাই হাইদোকই খঙদে ওলাংবনরা

নঙ্গ্রে অনৌবা ওই হৈনকাত্ত তৌরিবরা
নঙ্গিক্ত্রে তোম্বম তোগে মভা তৌরিবরা ষ্টাইল।
নুংশি মায়থোং ফজৈ মিত্তা নাতা,
নাংথি মথোঙ মথুং শাওং শাদা।
ঙোক্ল শংবানবা মায়থোংদা কুচুনা ভঙাং
মাঙৈ গুলাপ ফুগায়বদ মঙায়রিবা ভঙাং।

উবদা ঐবু কাউথিব্রা থঙদে মশা
লাকথি চঞ্চলকথি তগপ তগপ ইনাক্তা।
নোক্সি নোক্সি নুংশিনা হংগোইবা নৈত
কমজিলে ঙাশিন থেংজিন ঐঙোন্দা মশা।

উথি মঙোন্দা নুংশিবা শকক্ষম অমা—
নুংশিবদই ঐনা নৈবদ থংথিবা
নুংশিবদই মানা খাঙবদ থংথিবা
কুইনা মমথিমন কাউরুরবী চেংলোমা।

শংশংনথি তগপ তগপ শকক্ষম অদো,
লাইথি থুক মমথি জ্ঞান করিনো ঙহাক্তো।
পুরি নুজা প্রেমগী অরোনবা সুরমনা
পুঙম জগৎ সৃষ্টিগী অথুপ্পা সুরমা।
মায়থোংনা হেল্লি থম্বাল মতম্নি ভঙাং
নীংথিরি থাজ মতম ঈংনা মকা লাম।
লুপ্পি ঐনা শিবঙম যোগনিদ্রাদা
মঙদারি উরি নুংশিবা মায়থোংত্তুদা

চলচ্চিত্রদা পুনশিগী মতেক অমা
চহী হুক্ষ্‌ মমাঙ্গীনি কাউরুরবা।
শাম্নরি লাইথি নুংশিথিবী চেংলোমা
মুনবিরি ঐনা নুনা তোবা লাইথিমা।
তোন্‌ ইমো ফারি থুং শংলি অয়ো য়ো
ফোয়রি 'মুক ঐমা মশম খাঙলি অয়ো য়ো।

উথি তননা অফাওগী মতাং অমা
মীনা তোরা তুবা তমথিবা মতম্মা।
তারি মাসু লৈদা
ওল্লি উফুল থক্তা
শীঁতেল মতম শিংপারৈ
লৈরাং মতম ইঙেল্লৈ।
তদেক তদেক তনৌ তনৌ
তদেক তদেক তনৌ তনৌ
পোক্রু লোয়না লৈথোক
পোক্রু লোয়না লৈপোক।

য়োরে গাড়ী জোগীজান মথংদা হোজাই
চংনবা তারক্লে হৌজিক্তি শমজি থাই।
কুমথরে মথোয় মপামচা,
লৈহোয়ে ঐপোয় ইপাইচা।
হোৌগংখি তননা মমিত্তি লৈদা মিংলুদনা ঈরা,
থাংখি মথোঙ রানা থঙদে য়েংলমদে অমুক্ত হন্না।

তাহৌরে 'থবু থম্মোইদা মমি,
মুংলয়োই কদো নুংশিবা মমি।
হুংলি ভত্তে থম্মোইনা ভশেং নংবু মহাত্মা,
হায়ুউ নংবু ভশেংনমক নুংশিখিবী মহাত্তুরা

অসিনিদো জগৎ
মীওইবগী জগৎ।
অসিনিদো পুনশি
মীওইবগী পুনশি।
থোঙভম থোঙভম খুদিং
কাম্লনবদ থংলবা
মমুবদ থংলবা
কপ্পবদ থংলবা
নুংশিদম্না পুনশিসে
মীওইবগী পুনশিসে।

# সনরিক পরেং

## তেংথা-পরেং

অমা

( ঐগী ইচল কৃষ্ণকুমারী নীংসিংবদা )

চংলম্মি নোংমা মালেমদা
নীংথিজখী নূজা অমা
কোলোয়না কৃষ্ণকুমারী।
তাইবংকোন্দা শাংগা লৈদা
য়াওখিদেদো মপা অমা
নূজা মাগী নীংথিজবী।

ঈংজবদা শরং থানি
থেঙলে থেঙলে নোংফাই চনবা
ঈংথবগে থোইনা মতা।
নোজবদা মল্লিকানি
নারোল চন্না লৈশাং ভন্না
য়াচঙ মালং কিবা মতা।

নুংশিজেদো ইথবায়না
ইচম্নিনা তাঙনা কংবা
ঈংগা ঈংলে নোগা মোয়ে।

সনরিক পরেং

কোঙবওম তাঙজ লিম্না
হিম্নাই মাগী তাঙনা ফংবা
কোঠৈ মাবু থবায় লৈরে।

শরৎ খাগী নোংইম মতম
থাজ মাবু য়েংনা য়েংনা
শাম্নজখি পেম্না থম্মোই।
য়াচঙবগী মালং মতম
শীঁঙেল মাবু লক্না লক্না
পোখাজখি ঈংনা থম্মোই।

থওম্রে 'প্রবু ওইরবরা
লৌনা কেনবি শিংপারৈনা
নীঁওরক শারোরকপা।
নত্রে হন্মা ওইরিগরা
লৌনা কমবি থাবরৈনা
নীঁওরূপ লাংওরকপা।

কিরুবরা ইবুং মতাম
থমখিবনা মুংদা কিশি
থওদে ওকই থদ্রবদা।
লারুশি মতাশি মতাম
তমখি লৈরোই মুখা পুনশি
ইবুংনা কুংদ তানবদা।

ম্লাচঙবদা থাবৈরেনা
ওকুম ভোই মোমোন মোমোন
লৈয়ে তামো ঐহাক সিদা।
ইনুংবদা শিংগারৈনা
কোঙম ভোই অঙুম মোমোন
লৈয়ে তামো ঐহাক সিদা।

উঙম ভোই মঙদা মপক
মিকুপমতং সুপই মতং
নোংথাং মতম ফুং অমুতং।
তাকথি অঙুম তম্না মপক
শাংলি মাঙদা চুম্নই লৈমং
শাংলি মাঙদা চুম্নই লৈমং।

পিহৈ পিহুরকই তম্ন পি—
নীংসিংলকই মুঙাইথিবা
লম্না লম্না উঠৈ মপক।
পিহৈ লেতে পিহৈ 'হুব পি—
নীংসিং নীংসিং য়েংবথিবা
ম্লাচঙলকতৈ পেম্না মপক।

য়োংমুই যম্না অমুকা লৈ
অরেমনি থম্না থম্না
নীংঙম্ন্দ ইথবাম্লনা।

ফুরে লীক্লা কপ্পম্নি লৈ—
উখি ইচল তারি লোংনা
নিরি বিদায় নিরি পিনা।

শিম্মখি হেম্না 'মুক্কা পি
শিম্ম-শিম্মনা হংখি পি
সিরা পুনশি সিরা মালং।
লেপ্পে লেপখিদে হংখি পি
লেপ্পে লেপখিদে হংখি পি
সিরা পুনশি সিরা মালং।

# তেংথা-পরেং

## অনী

(ঐগী ইচল কৃষ্ণকুমারী নৈতবদা)

নৈজরশ্মি নোংমা
ঐগী ইচল অমা।
কৌই ইমানা ইবেতোম্বী,
মেম্মতোম্বী।
কৌজে ঐনা কৃষ্ণকুমারী।

ঈংজৈ নৌজৈ নীংথিজৈ—
চয়োল চুপ্পা নোংনা নোংখোঙ নেম্নেম হাংলকপা
তমেং তমেং নুমিৎনা তনৌ তনৌ হল্লকপা
তলা শামেন শাগৈগী নীংথিজবা মনীংথি
নীংশিংসি
হাইরপ্ন লাকপা গুমগনি মাগী চেংলো মনীংথি।

হরাউজরে করিনুং
নোকচদেদো মহাক্তি মখোল থোক্লা অমুক।
ইকাইথি—
'হুনা হেম্না নীংথিজৈ
নুংশিবত্নম হেঙ্গংনৈ।
নোকচবদা মহাক্লা নীংথিজবা মনীংথি—

নীংসিংসি

নাশং নাথুপ্পজবী পোমশাংনবী মল্লিকা,
ঈংনা মেঙনা নুংশিনা নৈশাং তবী য়ুথিকা।

য়ারোজয়ে কদোনুং
কপচদেদো মহাক্তি মখোল থোক্লা অমুক্ত।
ফমজে অদুম তুমিন তুমিন—মিংলুদদি পিয়াং
লিক্লা ফুবা নৈরাং।
মাৰৈ শক্তি অপিথক য়ারো মপাং কাম্ররবী
পেরাওনবি মিংলুদা পিয়াং ঈদা চেল্লবী।
ফজ্জবত্রুম হেঙ্গচে
নুংশিবত্রুম হেঙ্গংনৈ।

ভইরমবোই মহাক্তি কোরৌগী নৈরাং
পাম্নমত্রবোই অত্রনোং মালেমগী ঈরাং।
তমপ্রে কোরৌ ঙসিদি কোরৌগী নৈরাং
থাঙলুনি কয়া কুইনা মালংগী ঈরাং।

ইমানা মমানি
ঐনা মবুংনি।
নুংশিংবদদি থোকই হেনফম ইমানা—হেল্লি,
য়াম্না হেল্লি।
কপ্পদদি অঙ্গবু
হেল্লি ফনা ঐহাক্লা,
হেল্লি ফনা ঐহাক্লা।

উরুই মল্লিকা,
য়েংলুই যূথিকা—
নীংসিংঙি চেংলো, শিন্থে মিত্তা পি।
উরুই শিংগারৈ—
লাউজৈ থম্মোই থুক, শিন্থে মিত্তা পি।
তদেক তদেক লৈদা তনবা উরু ইনুংদা
উরু ইনুংদা
কায়দো থম্মোই হেক্ত শেং
কায়দো থম্মোই হেক্ত শেং।
মিংকী পিনা মাঙদা থা
তেংথাজৈদো থম্মোইনা
মদোম্মিদ তুমিন তুমিন
মদোম্মিদ তুমিন তুমিন—

"কেন্নবোইয়ে শিংগারৈ
ইনুং পুঙ্গোয়্নৎ লানঙমদ!
পাম্মুই পাম্মুই লৈনুংশি,
পাম্মুইদকো লৈনুংশি।"

# তেংথা-পরেং

## অষ্টম

( মুংশিখিবা চেংলৌ ময়াম নীংসিংলুবদা )

নোংজা ঈচিক হন্থরক থানা নোংফাইনরকপা
মালেম য়াওল খোগনবা কোজেং খোলম চান্থনা
ঈরাউখোয়োম ঈঈল্লক খোলম্মদা তাহ্না
ঈচিক শোয়রেল রায়রকপা তাঙ্গাসিদা নুংশিবা
কাউরুরবী রাখন্না মায়খোং মরুপ নুংশিবা
অকাউ ফিজঙ নাতৈ কাঙ য়েংনৈ মুন্না তুথিনা,
লুরুক মিংলু শিরাং চেল মতংনবা রাহৈনা
তয়ৈ মপাউ কন্নাগী চান্নপরৈনখিবা।
নীংসিংলকই চেংলৌশিং পুনশিতুথুপ খুদিংদা
তাকচহৌবা কোঁগোলগুম—মথং মথং অমমম,
তুথুপ খুদিং মারকই মিংকী শিনা মাঙদা থা
থেংনৈ নুংশি খুদিংমক কপমিন্নজে অমমম।
তাখি নুংশি খোজেন্না তুমীংবনা মঙলে মঙ—
তাখি ফিজঙ অকাউবা—মশ্মি মঙদম নঙী মঙ

# তেংথা-পরেং

## মরি

(ডাঃ কমল নৈতবম)

নোংঙাল্লমদাই তাবা চেক্লা কয়া
তাররি নুংথিল নুংমাং সিদমু—
কোংয়াঙ রাতোল কখেনা
খোংলি তে-তু চরোয়না।
পামেল উরাং উকোম্না
হেক্লি নে-নে হায়িনা।
নত্রি মখোয় সিদমু—
কোজেং হায়ো শাগৈনা
নোংজা য়াওল লৈরাংবা
শৈরাংলরি নুংশিনা
নি-নি খোল্লা মিরবা
কোয়ো য়াওল্লিদমু।

শালি কুম্মাংনা কুমওনবা
ভরানীপাম্মা ওইওইনা
নীফুগা তরুক বায়রকপা,
মৈতৈ সাহিত্য জগৎনুং
কুম্মাং চনী মম্মবা তুং
নোংনা ওানফুংদ তোরকপা
তাজাদা,

ইমায়োম্না ম্নাওল্লকতৈ
চেক্লাশিংনা শৈরাংজতৈ
ইমাদা,
মখোী পোত্তনা শৈরাংখিবা
মুংশিখোম্না লোজরবা
কাঞ্চীকোম্না লাংগোঞ্জবা
কদায় কমল চেক্লাদে!

কাঞ্চীকোনগী চেক্রুংশি,
তারো খোংলি লৌবোংনা
নপাং চেক্লা খিবিক্লা
লোংতাল্লমদাই তাম্নিয়রবা।
মখোয়গী খোয়েম খোনরাং ইপোম লাং
মৈতৈ মালং ঈওল্লক
উপাল রাপাল ঈরৈ চা
ঈওল মাগী ইপোম লাং
হাইনা হমনা শৈইল্লি,
কদোরবা মহাক্কো!

ওঃ কাউরবেকো হায়োম্।
নথরায় কংনা শৈরাংতৈ
নথক্কোইনা ঈরী চেল
পাথখি

মহক্কচাং ঈরোয়ননা
চেৎখি
নোংনা ক্লংদ ভাল্লকপা
মত্তাংদা
নথবায় চেক্লা খংগোয়া
পাইথোকখি
ঈংনা মেঙনা খংগোম্না
মালংদা
মিকুপ থুদিং শৈশকপা
"মত্তম কুইনবী তুংদা
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈচন্‌
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মনুংদা।
য়েন্নাই থম্না লৈহাওনুনা
কংলুসি ইমাগী খুয়াদা।"
ওঃ ভারুন্রেকো বারোম্‌

শৈশক নঙী শৈশানবনা
ইমা মৈতৈ চনুনা
য়াওল থোগল ওইমশে
থম্লুবা ভাই।
মীউরদি খাক্নোবি
ইমাই নীংবা কায়রনি
কিক্লবা ভাই।

সনরিক পরেং

মীরং নারং ম্নেংহুনা
মোংনা পুম্নগাল গাম্রিগৈ
থঁজি চেক্লা নংবু লোম্না
থেমদোকখিবনি,
থঁজি চেক্লা নংবু তুমিন
পুথোকখিবনি।

ইমাগী ম্নাগল থোগনবা
নপাং কম্লানা ফংজনি।
কাঞ্চী চেক্লা ম্নাইফবা
ম্নাইফবদ শরুক্লৌ,
ম্নাইফবদ শরুক্লৌ।

মোকনুকো পঁজিদা
নুংগোল ইপাউ তাবদা।
অরাবনা ইরৈনবা
নুংগাইবনা ইহম্নবা
অকি-ঈথক তরঙনবা
মালং রাংমা খুভম্নবা
ভেংবান মপুমক্লসু
তাইবং নুংগোল অক্লবা
মিহৌবনি কাউগনু।
অপামপামদ নাইত্রসু

থরায় কংনা নৈয়াংবা
লৌবিষম্নি নীংসংঙ্ ।
কাঞ্চী কোনগী চেক্ক্ংশি
চেক্কা চা·ও মুংশিবা।
ম্নাইফবদ শক্কো
ম্নাইফবদ শক্কো।
ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ।

# তেংথা-পরেং

## মঙা

### ( হিজবা থবলো লৈতবদা )

মহাবলী উমংগী নীংথিজবা উবদা
গুক্কা শং মংনা মেঙ ঈচিক্কনা ঙাল ঈংলবা,
ঈচেল মাগী থাংথাংনা লাইজ তুরেল অচৌবা
ম'াঙোইনটৈ খোঙভম হল ওঈওইনরক লৈশিল থাং
তুংওইনহৌ হম্না ষ্লেং লৈনা লাক্কা খাঙনা থাং
পমঙমপনঙমদনা পল চাউগোল তোরৈনরিবা—
তিংগোইনা লৈমায় তু তিংথোনা ন্যতৈ থিল্লিবা
তোরৈ মাগী তুথুপ্লুং শংলেল তোর্ব্বাল চাংজোদা
পোথা তুমখুল তাঞরি ইমা নীংবা মচামা—
মাবু পোকপী মমানা কোজবনি থবলো।

মাগী মরায়বক্করা থঙদে ইমাগীনরা
শৈদম্বিনা শৈদমদ লোন্দম্বিনা লোন্দমদ
শকচনী'ঙি শকঙমদ খোচ্চনী'ঙি খোংঙমদ
শকচরমদে শৈরেংমা ইমাগীনি য়াকাইয়োল,
খোচ্চরমদে মরেক্কা ইমাগীনি মিংথৈরোল।
শৈরাংরমদে কদোনি শৈরাং মচাক হল্লম্মি,

খোঙচরমদে কদৌনি মিংছল লৌখোঙ লৌরম্নি।
চেক্লা মতম কোয়না পাই পলেম মপাউ খুল্লুইদো,
হল্লক তম্না মাচঙদা চাকম্নিন তমগুম তম্লেদো।
হেরোডোটস্ থুসিডাইডিজ মামুক রারমগত্রা।

লাইরবনা খুরৌ চল অরাবনা খুদি চেল
হাপ্লোই চরী চমৌ তং মদোম নীঙ্গা মাঙ্গা চেল
খোঙবাল মাগী ওইনঙাই মপাং খোইনা লৈজদ
খোঙফম ফুক্নি ফুকওমদ ফুক্কনুসি খাঁওমদ
পিরোই পিথম্নখিবা পুনশিনিদো রাপ্রবা—
লৈরোল চনবা তলফা মঙাল থাজগী মায়খূভম,
লমজাউ ওংবা লৈগী লৈনম থম্মোইগী তুনভম
লোক্সায় চিপ্পা তাম্নাখোল চৈজিংবগী শৈদম্ভম
চৌঙথাঙ কোইবা হারিখোল অশৈবগী খোন্দম্ভম
লমজাউ লম্যাংনবঙম থম্মোইনিদো থুপগ্রবা।

"ইচা ঐগী মাদনি" চৈখেংপিনা কনশিনবি
"অয়োই ঐগী মাদনি" অনংবিনা কোনশিনবি
নীংথুংদবি য়ুমদিম্ন নীংথুংজদ মতম হৌ
নুংগুক নুংজা পুনশি লেন খোঙভম মাগী পম্বুং ম্নৌ
ম্নাতাগ্রবা মপোক্নি মতম্বাক্তা ইমাগী।
লৈত-লাইর-লাম্নক্তা মিকুপমগুং হাঙজদৈ
ম্নাংদৌ লমশাং চুইখোঙ তম পলেম লৌখোঙ থিজদৈ
চরাম চতং চহুইনা খুবোম পাফল পরিং হৌ

## সনরিক পরেং

খুজেং উফুল মরীক লাং হুমাং ঈরীক তরঙ হো
রাজশ্রবা মচানি মৈতৈ পোকপী ইমাগী।

ভারত কংলৈ মপুংয়াম কনগে ক্ষিদা ইমাগী
"ঐখোয় লৈরি করিনো করি বাংলি পলেমগী"
থম্মোইনুংদা চেংনা পায় হোংনজমল মমা থঙ
মৈতৈপোকপী ইমানা পেনখিবোইদো মশক থঙ,
কমশিল্লকপা তন্না উ পুনশি লৈরাং মহাকা
রাখিবোইদো থম্মোইদা পলেম মানা মচাগী,
খুজেং পাল্লোই তন্না চিং "পারি তুমখুল তাপ্লরো"
রাবা ওক্লে ইচাদি "ইমাইবুঙো থবলো"
মহাবলী তোরৈনুং মপারিবু থাদা কোল
লাইজ ঈচেল ঈথোল সা শক্লি হা হুম নাউওয়োল।

তাল্লু তুমখুন লৈতানা পলেম নীংবা য়াইফবা
য়াকুনু থম্মোইনুং ইমাই থোগল লোইরমদবা।
থম্মমগেবু থোরাংলি পলেম মাগী মিংথৈরোল
নংনা রানা থিরম্বা চীংথোঙ চীংয়া তন্না থোল।
মিকপ মপুং তন্না তাল নোংহোরমদাই থোঙভম্বা
লোম্নম্বিদা লোম্নিজ অপাম লোমম খিবিক্লা
শৈদম্বিদা শৈনিজ শৈরাং থোগল শৈশিল্লো,
লোনশু খোর্জৈ থুত্তা পায় মিংথৈ রাংপা মেনশিল্লো
শৈশক শৈদা অশোয়'ঙাম ননীং থুংনা সেমজিল্লো—
পোথাউ পোথাউ হৌজিক্তি পোথা তুমখুল তাপথো।

ওঃ উমুরোইদো ঐগদি য়াম্বা নুংশিবা,
পুনশি লৈকমশিল্লক্লে খঙদে কেনবা কদৌদৈ।
কুবিহৈবা মপু কঞ্চনগনুকো থোজানবা
পুনশি লৈরাংসিদদি য়াম্বা মপাউ তমদ্রিদৈ—
শৈফম খঙদ ৱারনি শৈশিন খোঙভম্মরবৈ
ধবলোনা হিজবা শৈরাং থোগল চঙজদৈ।
ইমা নংস্নু লোম্বদ্বি পলেম নংস্নু শৈদম্বি
শৈরম সুনা শৈত্তাকপি লোল্লম সুনা লোত্তাকপি
থাবিরক্সি হন্দক্তি শকচনবা মনীং থুং
"হাদা সনা লৈমগ্নোল কোলোয় নুংশি সনাপুং!"

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

# তেংথা-পরেং

## তরুক

(খ্যাইরাকপা চাউবা লৈতবগী মংগুমদা)

চংলে নংসু অশৈবা ঙসি কৌবা মোংসিদা।
ইমারোম্না ম্নাওনচৈ ম্নাকৈ খোগম্মিমবা
ঐখোয় মঙাদ'দদা নখোয় অহুম চংলবা।
অমদোরে মাঙখরে চৈজিং থারম চীংনুংদা,
ইদোম তরক ম্নংচোবা চৈজিং ঐখোয় মঙাদা!
অসুক তরক্লিগদ্রা নংগী "রাকচিং লৈরাং"দো।

চত্ত মচংলবর্মা অশৈরেম্বা নহাকপো।
করি অদুক খোঙহারি নপাং ঐহাক লৈরিনা।
রাকচিং উনখা কিজে নং খঁঙি মুম্না ঐহাক্না
মেরা থাদ মশিরি কাউরা রাংলি উনপাম্বা,
থাবুম অনী রাংলিনা লাকদবা রাকচিং থা
কিরবসু উন্নংবা রাকচিং উনখা কিবা লৈ!

নীংসিংলকই ঙসিদি অহুৈগী তম্নামদো—
মতম মাগী তম্পাকথক শালি শক-না কুমওনবা
চাত্রানীপাল ম্নাওলক নীফুতরুক কারকপা
পলেম ম্নাওল খংউ উ ইথা থাজরুদনা
শৈদম শৈদিল নংহোদ লাইঙাও থিনঙাও হোড়না,
নুংশিরকই অশৈবা ম্নাকৈ খোগল চম্মিবা।

"মীতম্বাক্তা চাউরবা
মীরোম্নিদ তাংলবা
পলেম চেংলৌ খঙড্রবা
নচানিদ তোল্লবা
কোরপেনে 'ইমা'
ঙসি কোয়ৌ নুমিত্তা"
মীন ঐনা কপচবা,
"মেলৈ লৈম্না নোংজুম্পাল
কদাবদি লৈনুংশি
লৈরাং লৈচল খঙদনা
মাঙ্গদোবা পাম্মুইদো"
অশৈ নংনা ভেংথাবা,
"মাতৃমন্দিরগী লৈনম নুংশিবা
তপ্পা লিরি লিরি শিংপা নুংশিংনা
হমখিসনু মৈত্তৈ লৈবাক খুদিংদা
ভেকথংসনু শিরুম নারুম্বা মৈত্তৈ
কমল মানা শৈরাংবা—

নুংশিখিবা ময়ুরধ্বজ শৈথাখিবা ইরাবত
অশৈবনি অনীগা খোয়ৌ নহা পিথাদোই-
পেনা লুরেল থাদা থোং
য়েংকী খুত্তা চৈজিং থোং
খোরৈ চানা চৈজিং চিং
মভাং চানা শরিক খিং

সনরিক পয়েং

নীংসিংলকই গুসিদি পলেম থৌগল চখিবা।
থোক্লরোইদো অহুবু অমুক হন্না অশৈবা!

ইদোম ইদোম লাক্লবা
ইদোম ইদোম হন্নবা
মরক্তা গুহাক উয়াল চাক্তিন্নজবা!
মিংকী পিনা লোইশিন্নবা
খাম্বি মৈভান্না রাখৈবা
মিংকী পিনা অহুম অমুক মখোঙ্খোবা!
মালংগী তমথিবা পথাপ,
মালংগী তমথিবা পথাপ—
কায়নবা কপ্পনবা তিন্নরবা!

চংলেদনা গুসিদি ফরে চংলো অশৈবা
থেঙ্খোরগে ইথঙ্মোই নপাউখোন্না নুংশিবা
"থন্নাল কৌবী লৈনুংশি
ঐখোয়সু নপোয়গুম্বশি
তাইবং ঈপাক থকসিদা
কেন্ননখা শাংপনি"
অশৈ নংনা শকখিবা।

তম্মু য়াম্বা কমলদা কাউগনুকো অশৈবা,
কোংয়াঙ রাতোল ফ্রৈনা চরোয়না তেঁ-তুঁ খোংলকপা
পামেল উরা' উকোন্না হান্নিনা নেঁ-নেঁ হেক্লকপা

কৌজেং হায়রো শাগৈনা মালেম য়াওল থোগনবা
নিং-নিং খোয়া নুংশিবা শৈশক্লকপা তারকপা
"কাঞ্চীকোনগী চেক্লুংশি,
তারো খোংলি খোবোংনা
নপাং চেক্লা খিবিক্লা
নোংঙাল্লমদাই তামিন্নরবা।
মখোয়গী খোয়েম খোনয়াং ঈপোম লাং
মৈতে মালং ঈওল্লক
উপাল রাপ্পাল ঈয়ে চা
ঈয়ে নাপী ইপোম লাং
হাইনা হুয়া শৈইল্লি,
কদোয়বা নহাক্তে।"
অক্তে ঐনা কৌহোই কাউদে মাবু অশৈবা।

য়াবা ময়ূরধ্বজদসু কাউগনু অশৈবা,
মানা থোগজরবা শৈরাংঙৈদা অহুঙৈ
"নীংথিরবী নুজাপী
ঙক্তা শিবা লৈতেংগী
সনা লিকফাং মরক্তা
অমত্ত থামবা মণিঙম
নীংথিবা মফম লৈরিদা
মালেম লৈকোয়নুংসিদা"
হাপ্লি লত্তে অলংকার নরোয়মনা নুংশিবা।

চৎলো ৱারে য়েংবদা থাম্বি মৈশা লাংলিবা
থাবম মৈখু চারিবা।

করি মিংলু ঈরানৈ,
করি মিংকম ফুংহরৈ।
ঐবু কপ্লোই উবরা কপ্লে ঐহাক করিসু
ইনুং পূঙ্গোই লৈবনা লিক্লা ঈরী থাংবনি।
পিরাং হোৌবোই উবনি পিরাং নত্তে করিম্বু
ভৈথোক্কেনে য়েংউসে লিক্লা ঈফুজবনি।
ভরক্লদে ৱারুন্নু ঐনা ৱাহৈ লানবনি।
মতম মাগী খোং-নুংনি কংবা কোবা নাইদবা
ভাইবং মীগী ঈচেম্মি লংপা কোবা লৈতবা।
চৎলে ঐখোয় লংলোই চেম্মি অদুম মচেল্লনি।
লাকপু লাক্লে আদা পরেং পরেং মথং মথং
সামন্তজিং ইবোহল শীতলজিৎনা মমাঙ থং।

ঐগীদমক ৱারন্নু,
অমুক পুনবা তৌরন্নু!
ৱারগনি থাবম মৈশা থাঙবা,
ৱারগনি থাবম মৈখু লাংবা।
চৎলো চৎলো অশেবা লৈহৌরেলো নরোয় ঐ,
ওলাঙ্গনু নবুক্লীং—লৈহৌরগে চৎলোকো!

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

# তেংখো-পরেং

## ভয়েৎ

( গবর্ণর আকবর হায়দরিগী মংগৃঘদা )

হে মহাত্মন,
হে ভারতী-শ্রেষ্ঠ,
চেপ্লিসি নুংঙাইনা
পোথাবিসি ঈংনা !
করামতনা লাকপফাও
যেহেন্ত পুংখোল তাবফাও
পোথাবিসি লৈতানা।

ইচীল ইনাও কায়নঙাই
লৈবাক মনিল লাংনঙাই
পোথা কায়নি নীংবিনু,
পোলোই পোথা থিরকপা
লাল্লগদ্রা থুকপিনু,
চেপ্লিগনি নুঙাইনা!

লাউ মৈতৈ
লাউ পাঙল
লাউ নংসু চৌংলম্পাল;
খঙত্রা মেংঙু কনানো
কংলৈপুংদা তারিবা
সনা লিক্লাং অহেনবা।

ভারতলৈমা মপারি
কোলোয় মাগী হায়দরি
পোথা তৃমখুল তাল্লরি।
হিন্দু মুস্লীম অনীনা
থাকয়ৈ হিশেংনরকঙাই
মদোম ঘাখল থাগোম্না
পলেম বাখল তুংওইনা
হিদোম হিদোম হোয়ঙাই
লাইজ ঈরারুরবী
ভারত লাইবক চাউরবী
মমা ঈকয়বদা
কেমজরবা হকচাংনি,
য়ুমগায় য়ুমদাইনবদা
চোকথরবা পুনশিংনি।

পুনশি থোঙভম লোইনঙাই
মচৌন্মনাও পূবনা
চায়চিয় লৈনঙাই
লৈবাক মরা তপরবী
পোইরৈ মিংফম ফরবী
কংলৈ মপুং চীরুমায়
তাল্লকপনি থোরাংনা
পোথারুগে লৈতানা।

ইচীল ইমাও খিবিক্সা!
মাঙলমচত্তস্ৰ কায়রক্তে,
তুংলমচত্তস্ৰ কায়ফদে।
পলেম ইমা অপোকপী
কোলোয় নুংশি মণিপুর
ইমাগী মিংক্ষম মাঙফদে
হায়দরি তুমখুল কায়ফদে।

চীংবু ভব্ৰ অনীমা
ইচীল ইনাও খিবিক্সা,
লাকও হৌরো চঙলসি
মংঙাক মংশেল পুয়সি।
তপ্না থাংঙ্ব খোঙফমদো
ল্যোন্না ঙাঁঙ্ব বাকমদো
হায়দরি তুমখুল কায়গনি
উনথি মবুক নুংশিখিনি।

হে নরপুঙ্গব,
কিবিরুনু মীরয়ি,
থুকপিরুনু মীতোপ্পি,
চেন্নিসি নুংঙাইনা
পোথাবিসি ঈংনা!
জৈ ঈশ জৈ ঈশা
জৈ রাম জৈ রহিম।
ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

# তেংথা-পরেং

## নিপাল

( প্রধান মন্ত্রী জৱাহরলাল নেহরু লৈতবদা )

কপ্পদ্ ইমা কংলৈপুং,
কপ্সি পেন্না ঙসিদি।
অহিংসাগী মশক্তম
বাপুজীগী মশাম্নোল
শান্তিগীনা লাংওল,
রাষ্ট্রজগৎকী ফিদম
ভারতকী মায়রোং
জগতা লৈরোং
পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরু
নোংগাখরে।
মাঙ্গ্রে শক্তি
তাকপ্রে আশা
মৃৎপ্রে ধ্রুবতারা
কপ্পদ্ ইমা কংলৈপুং,
কপ্সি পেন্না ঙসিদি।

পি মিংকী পি,
শিঙ্খো শিঙ্খুনবা পোকপনি।
পুনশিগী মশক্তি,
থম্মোইগী শর্বনি।

থংলু লৈরাং,
হাইজগনি লৈরাং মাগী লৈখোক,
শিঙ্জনি ঈরী।
থংলু থম্বাল,
নোমজগনি মেংগু থম্বাল লৈখোক,
শিঙ্জনি ঈরী।
লাইজ বাংগা লৈফমদো কোনবদাই লৈকংলা,
পিয়াং কংবা থম্মোইদি কোরোইদরা লৈকংলা।
শিঙ্খো শিঙ্খো মিংকী পি থম্মোই মাগী ধর্মনি,
পুণ্য মাগী মশক্তি

নুংশি মাগী মগুংলাং
কশ্মি পেন্না গুসিদি,
কপ্পু ইমা ফংলৈপুং
কশ্মি পেন্না গুসিদি!
মৃত্যু শৃংনি,
পেংলোই মেংগু কদৌনুং ভমথি মাগী মথম্মোই
পিয়াং মংগী মহাকথং—লৈরোই করি কাম্নবা!
লাক্লবদি হনবা তাই করি কানৈ কপ্পুবা
মায়াগী লাংদা তা কান্নরা নঙ্গী মথম্মোই!
হায়জসম্!
শিঙ্খো শিঙ্খো পি কপ্পু কপচো পেন্না নথম্মোই,
থম্মোই মাগী ধর্মনি
পুণ্য মাগী মশক্তি,
শিঙ্খো শিঙ্খো পি কপ্পু কপচো পেন্না নথম্মোই।

কপ্প্ ইমা কংলৈপুং,
কপচো পেম্না নথম্মোই
কোজো নুংশি মকোলোয়
নুংশিখিবা নপারি জবাহর পাম্নবা!
মচা কায়নরবী মণবীনি নঙ্গী অরাখোল
য়ৈরুরসনু মপু মাগী থোজালগী মাকোং,
চাক্লবা থম্মোইনি নঙ্গী কায়বা তেংথাখোল
পাল্লরসনু ভাগ্যবিধাতাগী মনাকোং,
কায়রসনু মথম্মোই—নুংশিচাউবা থম্মোইনি,
ওম্লসনু মবুকচেল—পীনহৈবা পুকচেল্লি।
থারক্লসনু 'মুক হল পলেম নঙ্গী কৈরাথক
নুংশিখিবা মপারি কংলৈ নঙ্গী লৈমায়থক—
অনৌবা হকচাং
অদেকপা পাংগল,
লেঙদবা থম্মোই
কায়দবা থোগাই—
নুংশিচাউবা থম্মোইনি—শোয়রোই নুংশিবিগনি,
পীনহৈবা পুকচেল্লি—শোয়রোই পীনবিগনি।

সোনসি ইমা কংলৈপুং কপ্পা কপ্পা মওণদো,
নিসি ইমা য়ারবী হিক্লা হিক্লা নচাদো!
জয় রঘুপতি রাঘব রাজা রাম,
পতিতপাবন সীতারাম।

# তেংথা-পরেং

## মাপল

(ইশাগী মংগৃম্বদা)

কোয়রিগি মৈ মঙদনি, তাউ লেপ্তে চত্নম চত্নম পি।
থঙদে মুন্না তম্লিবা পিনা থম্মোইগী মপাউ।
চঙদে ঐঙোন্দা ইনুংগী মঙান—পৃন্মগি পৃমকাউ,
থল্লি সিদ লোইরেদো হন্দক্লিমগী ঙসি।
সুরে কোয়বা চুরে শীংদা মৈ—ধর্ম্মনি।
হুম্লি হমাই থেম্না থেম্না হু-হু হু-হু লাউ,
চাক্লি, রায়রি মৈ শীংলোন মথং মথং খোংনা লাউ।
লাংলি মৈশা কারি থম্মোই, তারি মৈতাল—তারি।
পীরে অরোইবা শাং, লোরে খুরম কপ্পা বিদায়,
রাথৈনরে কপ্পা কপ্পা মৈতালগা মৈতালগা।
কারে মং খোঙথাং খোঙথাং খুদিং থম্মোই শেং শেং কায়,
কপ্লুই থম্মোই পারুই পুনশি লৈরাং অতিংঙাগা।
থঙলে হুবু প্রেম; মায়থীরন্নে মতম নঙ্গী বা,
মৃৎসমদ্রে ইপাই শককম স্মৃতিদা নংবা হকপা।

# তেংথা-পরেং

( কুইরেল পেম্মা অমুক্তা )

লৈরম্মি নোংমা
ঐগী মরুপমা,
নুজানি।
নুংশি মতো
নুংশি চেংলো।
নোনা ফজবী
ঈংনা নুংশিবী
মাতি যুতি মালতি
সেফালিকা সেউতি
মানি মধুমালতি
মাগী শামাম্নবী ওাক।

নাউরা মঙলান্দা
ভাইবং মম্মি তা
মঙফাঙনরকৈঙে
থেংনবনি মাগা ঐগা,
খঙনবনি শকা শকা।
লাইনা থাবা মতানি
খোইমু-লৈরাং মতৌনি

চান্নৈ হেক্ক থেংনবদা
খণ্ডনৈ হেক্ক উনবদা
শিন্নৈ থরায় তম্না হেক্ক
চৎনৈ মরুপ্পি নুংশিবা।

নৈবি ঐনা নৈখিবদা থংজি নুংশিরু মাবু,
খাঁজি মানা খাণ্ডজবদ থংজি নুংশিরু ঐবু।
শায়ৈজ লাইখি ঈশৈ ঙংনা ঙং—
লোইখি ঈরোক মতম্নি মিনা চেঞ্জবী,
লমথিন পেনা মণ্ডংনি মিনা ঙংজবা,
নোংজা বাঁশী মতানি মিনা কায়জবী।
নুংশি নুংশিরুই থোইনম্
নুংশি মানা ঙংবনখু।
বারোরুই হুবু খুল্লি লাইখিদা,
কাউশিন্নৈ ঐবু লৈনা মনাক্তা
শাংখি থম্মোইনা তোগেদো কুম্মৈ।

মুনবি লাইখি মানা খায়দগী পায়জবা,
মথরায়না খায়দগী থোইনা তাজবা।
শাউদে কায় খুৎ নোক্সি নোক্সি।
কনবদি কল্লি ঐনা,
ঙম্বদি ঙম্মি মানা।
শত্তে শংপা ঙমদে থক কাল্লো মানা খুৎ,
খণ্ডদে কল্লিনো কোমম্ কোম্মি 'হুম খুৎ।

শংলি লাইথি মথুং মাম্বমা নোম্বি নোম্বি অয়োয়ো,
মাই ঐমু 'হুম পাম্নশিন্দে লাইথি খওদে করি যাহ্নো।
ফোয়রি 'হুম 'মুক মশম খাঁজি নোম্বি নোম্বি অয়োয়ো,
খেয়কই 'হৃগা পান্নসি নুংশিবনি থাদোক্নো।

খঁজি মা করম্বা মশাম্ন খোইনা পাম্বি ঐ
ফরি তৌরগা মানা হায়বা লোইনা য়ানি ঐ।
ফিদানি থাবি করিনো অমা।
পুখোক্নুই চফু ইরাল নৈরঙ—নৈপাকী ঙাক্নি,
পুখম তেংগোং খুজাই—লোইনা মখুংনা সাবনি।
খো'জিন্নৈ চেঙ মক্ন অমা অনী,
পেরুক পেনাই মনা অমা অনী।
পীজশিন্নৈ শরেং ঙাম্বেলগা সাজিন্নহনা,
চাশিন্নৈ ঐমু অহুম তুংইন হাউশিন্নহনা।
লোইয়ে লোইশিন্নৈ মানা টমুং হিপচিন্নৈ ঐনা,
মুখান্ননি মনী নুংশিখিবা।

নাইদি ঐ নুংশি মাগী
নাইনি মা প্যাম্মু ঐগী।
চন্নি মীমু নাইশাং প্রেম—
ওংলে নৈরে পাম্মু মানা
তৌজবনি নুংশিহনা
খন্নি নুংশি মানা
তৌজে খোইনা নুনা।

খাঙলে খাঙলে নুংশি মামা
ফুথরকচৈ পাম্নু মামা
ঙিংগোট মতম লৈতুননা।
কৌই 'ছনা প্রেমবু ভেনৈ থম্মোই নুংশি।

হেন্নি লৈরাং কয়া
শীঁঙেক্কায়ু কয়া
মালংকোম্না লৈগীকোল।
য়াওন্নি লৈরাং কয়ামা
শীঁঙেক্কায়ু কোঙ্গায়মা
পোম্লিঙৈসু নুংশিবা
লৈশাং তন্নে নুংশিবা
কেন্নে অতুম নুংশিবা।
য়াওই অতুম ইঙেলৈ
য়াওই অতুম শিংগারৈ
নুজা ওইবী লৈরাংলক লৈশাং তম্বী থরায় লাং।

ঈয়োম্নুংদা পোম
ইপাল লাংনা শাং
ফুগায়জঙৈ থবাম্না লোইজবতম লৈপুনশি
তদেক তদেক তনৌ তনৌ ঈমায়থক
চারু কাচি লৈয়োনবিদ্দী ইনুংদা লৈনুংশি
অমুক অময়োমদনা
লোংদমনা ওঈওইনা

লৈখোক লোয়না পোকচরক শিংগারৈনা লৈনুংশি।
ইনুং পৃঙোয় লানগুমদ লোইরবগুম লৈপুনশি
তদেক তদেক তনৌ তনৌ লৈমায়থক
লোইদো তাইবংকোনগী লৈরাং কয়া পাম্মু পাম্মু।

মারুই গুসি অসুম থম্মোইগী কাজুম
থেংনরুই কুইনা কাউরুরবা আলবুম।
উরুই ফোটোমা ময়েক থীনা শায়বা,
শায়ে শায়া ঐতোম্নদি অতুম শেংবা
মখি খিত্ত উরফাও শেংলগদবা।
ফোয়বিরি ঐনা মশম নুঙামা কজবী
খাঙলি চৈনা গুগৎ নোক্সি নোক্সি নুংশিজবী।
লাউথি থম্মোই খুক হৌখি মংলুদা পিরাং,
চাকশি থম্মোই নোহোনা কায়ন-মৈশা লাং।
খঁক্তি তশেং পুনশিগী মশক পুনশিবা পুনশি
য়েংলু পরেং দুঃখাত্ত শিদ্বৈ থক্কে মিত্তা পি।

কারি গুসি নঙোম্বা নুংশি
প্রেমগী লৈরাং শিগী চন্দন চাই।
নাপ্পদা চিনগেয়া
নাইশা থেংকেয়া
চিঙো থেংলো লৈয়াংসে নুংশি।
কজবনি লৈচিনবা
পকচবনি লৈথেংপা –

য়েংজগে অমুক্ত নুংশিবা মায়থোংদো,
য়েংজগে অমুক্ত ফজবা মায়থোংদো
পেম্মা অমুক্ত
পেম্মা অমুক্ত—কুইরে পেম্মা অমুক্ত!

———

# স্তুতি-পরেং

## অমা

### ( ভগবদ স্তুতি )

পীনহৈবা নত্তবরা নঙ্গী কোলোয় ভগবন,
মাঙহনবা লৈতে চঙজমল হায়নবদাই জনার্দ্দন।
পীনৌ নংনা জ্ঞান নদাইদা সেবাগীনি ভাইবংপাল;
সেবাগী লাকপনি ঐথোয় খিবিক্সক মালংপাল।

পুক্লীংনা শায়ম চেনবরাই অপাম্মিহৌ ভরং ভম্
সেবা ধরম কাউবরাই মরোমদোম রাখন্দা মম্
খোংগৎপিয় পাঞ্চজন্য থুক্লা হে হৃষীকেশ,
পুনশি খোগাই নীংশিংজবা পীনৌ হে হৃদয়েশ।

লৈবাক্তী সেবাদা পাউথোক ইদোম সেবা ভোবরাই
ইদোম খোন্দা কাজনবা পলেম চুপমায় ভুবরাই,
পীনৌ খাখরবা মিংয়েং নঙ্গী কাল ভগবন,
কাপসনু মৈরি থুকসনু থম্মোই ঐগী হে চেতন।

## স্তুতি-পরেং

### অনী

### ( হরিস্তুতি )

ভক্ত চানবা কৌনৈ নংবু হরি,
ভক্তিদনা ঙম্বু পুরি।

ধরাপ্রেম্না গর্ভবৈশা লাংবি,
ভৃগুপ্রেম্না খোঙভম লৈতেং ওইবি,
নীংথি নঙ্গী ভক্তপ্রেম শ্রীহরি!

প্রহ্লাদপ্রেম্না মৈগী কুণ্ড চঙবি,
ধ্রুবপ্রেম্না পিতৃধর্ম্ম লোৌবি,
নীংথি নঙ্গী ভক্তপ্রেম শ্রীহরি!

পার্থপ্রেম্না মীযাঙ দোলাই থোৌবি,
ভীষ্মপ্রেম্না তেনগী শয্যা চেন্নি,
নীংথি নঙ্গী ভক্তপ্রেম শ্রীহরি।

কৌনৈ নংবু অহনোং শ্রীহরি,
ভক্তগী ভগবান!
হৈ ভক্তগী ভগবান শ্রীহরি!

# স্তুতি-পরেং

## অষ্টম

### ( কানু স্তুতি )

মন্নাই মচা কানু মুনা রাশি লৈবা
জগোই লৈনা সারি শাথেক পুক্লীং হুবা।
থকচৈ নন্দরাণী মচা মমিৎ থুম্না
কানুগাক্ত উরে জগৎ পুম্বা লোইনা।
লাউরি চোংনা কানু "য়ে'ঙ্ঙ্ হৈত্রো মৈয়া,"
শক্লি মগুদা রাণী দৃমি দৃমি থৈয়া।
ব্রজ তিয়া ওল্লে শ্যাম্না নোংহৌ ওইরে,
ফুইনা কাম্বা বেণু নোংখোং ভোয়না খোংলে!
কোক্কী রাহোং চূড়া রাহোং জগোই নোয়রে,
ঙক্কা বৈজয়ন্তী উরোক পরেং পাইরে।
থাঙ্গী সনা ফীগে নোংথাঙ ভোয়না কুপ্লি,
ব্রজবাসী কনা মুন্দনিঙায় লৈরি!
প্রেমগী ঈচাউ লাক্লে ব্রজভূমি ভাউরে
ব্রজগোপ গোপী প্রেমদা ঈরাক্লরে।
করি গতি লৈনি ভোয়না কৌরে লালা,
ঙক্কনিঙায় লৈতে লালা নঙ্গী লীলা।

# স্তুতি-পরেং

## মরি

### ( গোপাল কৃষ্ণ স্তুতি )

কন্হৈয়া,

নঙ্গী জীবন ইতিহাস
চল্লি লাদা বেদব্যাস।

কনগে সাধু সন্তশিং
লোইগে হিংচা ম্নাতমশিং
শঙ্গে মথৌ ধর্ম্মগী
ম্নৈথেক্কে মমূ পাপকী,
মুথৎ তন্ পাপরাজ্য,
লিংখৎকে ধর্ম্মরাজ্য
হুকচল শক্তি লোইনবা
মানি নংসে পোক্লবা,
নারায়ন্নি নারায়ণ
শকই কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন!

হাৎলি নংনা পূতনা
হুয়াউশিন্ন খোমন্নায়না!
বক ধেনূ শকট
তূই লোইনা তৃণাবর্ত্ত
নঙ্গী থূত্তা অসুরশিং
কনশরবা মায়াশিং।

য়োংলি নংনা দাবাগ্নি,
তালি কালী—চৈয়াক পী।
কল্লি নঙ্গী ব্রজভূম
কানু নঙ্গী শাম্নপুং।

য়েংঙি ব্রহ্মা নঙ্গী চাং,
কচ্চে স্তুতি মমিং পাঙ।
তুরৈ নখোঙ থম্বান্দা
দেব ঋষি নারদ।
শীংনৈ নংনা ইন্দ্রগা,
গিরিরাজ ফুক্লগা
কল্লি নংনা ব্রজভূম,
তোকচৈ ইন্দ্র মম্না কুম।
থাই ব্যাস নঙ্গী কৃতি,
শকই 'সূম নঙ্গী কীর্ত্তি।

নত্তে ঐদি দর্শীসু
নত্তে ঐদি ভক্তসু।
কোরো মণ্ডাল চণ্ডদলোক
থাজ মণ্ডাল তাদলোক
অমরগী য়াতালোক
থম্মোই ঐগী অমমলোক
সাংদে নণ্ডাল করিনুং
করিমুংদা কদোনুং!

খঙদে নশক অখুঙ্গা
নতৌ নঙ্গী অমম্বা।

খঁঙি নঙ্গী সিদদি
কাউবা লৈতে সিমদি।
কানু নংসে শমঙনি,
কঁঙাওনবা অঙাংনি।
নশক্লদি মনুংশি
উরে থম্মোই তম্না শি
শাউগে কৌবা ঙমদবা
নোক্লীংবনা মহানবা
ব্রজভূমদা শাথীবা
অঙাংনিনে লৌথিবা!

চংসি মাখন চাক্লসি
হুসি যঙ্গোম থক্লুসি
ব্রজগোপ মচাশিং
য়োংনা ইকাইজবশিং
নশাই তেংগোল হুপ্লা হোই
খুঙ্গং খুঙ্গং থুংনা কোয়
তবিং তবিং তাঙ্গা ফং
কিক্ল কিক্ল ইমুং চঙ
মুংশি মাখন হুবদো
কানু নঙ্গী শকফমদো!

যমুনাগী তোর্বান্দা
মোংশোং পরেং মরুমদা
তেংগোল নঙ্গী লোইনা পৈ
তুমিন তুমিন থুপ্না লৈ
নঙ্গী মিখৎ অমদা
খুৎমান্ননা খুদক্তা
ঈশিং শোকপা লাকচবা
চফু পরেং থুগায়বা
নংনা ফন ফন চোংবিবা
নুংশি নংবু অঙাওবা !

ঈফুজৈ গোপীশিং
তুবি নংনা চৈরেশিং !
ম্লানখৎ ম্লাংনা কদমদা
খোংবি বাঁশী উথক্তা !
ঈশিংদগী কাখৎলক
নখুৎ মখুৎ থিনগৎলক
লৌজরোসে পীবিগে
নত্রবদি শোয়জরে
লাক্লে মংনা খুদোংলৌ
নোক্নই ঐসা মতো উ !

শামন নাকোং মীবাদা
থম্মোই মাগী পুঙমদ

পুনবদাইদো শুমবন্দা
নংবু মৈম্না যশোদা!
থম্মোই ঐগী তাইদো ঈ
মিত্তা ঐগী শিন্থে পি
পুনবিরেদো অঙাওসে
কঁঙাওনবা অঙাওসে!
নুংশি নংবু অঙাওবা
নুংশি নংবু কন্হৈয়া।

কৈদো ঐগী বামত্তং
হায়বিনীংবা খজিক্তং।
কানু নুঙ্গী নহাকথং
থম্মোই থম্মোই খ্রক খ্রক কং
কপ্লি মৈম্না যশোদা
নন্দালয়দা মৈথক্তা,
ষাবক্তনা রাধিকা
প্রেমময়ী রাধিকা
ভম্লি মপাউ যমুনা
রা-রা রা-রা ঈখোন্না!

পাম্বনম্না মিংকী পি
নুংশিজবা মিংকী পি!
শোয়ম্নবনি অতুন্দি
মপামৃ চাত্রে ’তুমদি!

কিনরনি শয়বা
কান্ নঙ্গা নক্রবা
হায়নরনি পি পাম্নি
কপচবদ থংজনি,
উদবরা অনীদো
পুনশি চুপ্পা কপ্পদো।

নত্তে 'দ্বু তরাইবা
মীকোক 'নীদো কপ্লিবা।
খোম্লাং মাগী শেংলবা
গঙ্গানিদো লুপ্রবা
পানগী নুংশিং চাদ্রিবা
কমণ্ডলু তারিবা।
শীনবনিদো নহাকথং
প্রকৃতিনা মশক খঙ।
কপফম থোকপ্রা ধন্নানা,
কপফল্লিদো তরাইনা।

কপপ্রা নোংইন করিনুং
হিকপ্রা কোকিল কদোনুং,
বসন্তগী থাবুক্নুং
শরৎ থাজ মকোয়নুং।
বসন্তনি কানুদি,
থাজনিদো মহাক্তি

ভাবা কোবা নাইদবা,
থম্বা কোবা লৈতবা।
হুবু কপফল্লি'সিনি,
হুবু কপফল্লি'সিনি।

থম্মোই মাগী লূরবা
থম্বাল্লিদো শাচ্চবা
একার্ণব ইপাল লাং
বিষ্ণুনাভি নাপ্ম লাং।
শক্তিনিদো হ্লাদিনী
প্রকৃতিনা লাকপনি।
কপ্পুনি করম রাধা,
আনন্দময়ী রাধা!
হুবু কপফল্লি'সিনি,
হুবু কপফল্লি'সিনি।

কায়নসনু কদৌনি
লীলা নঙ্গী লীলানি,
ইচ্ছা নঙ্গী ইচ্ছানি,
ননীং তম্বা নহাক্লি।
করি পাঙ্গে থৌরাংবা
খঙনি করম মীওইবা।
ঐ ইশাগীদি কানু,
য়েংবা রায় কপফনগনু!

থম্মোই কায় কপফনগনু,
শেং কায় খুঁঙ্নুকো কানু।

কপফল্লুনে দূই শরুক
নংনা ঐবু দূই শরুক।
ওকে ঐহাক পেন্না পিং
কংলসনু মখোই পিং।
লাউ নীলো লাউ, নীল্লরো,
প্রেমগী মরু তাররো।
থম্মোই ঐগী লৈকংলা
সেম্লরো লাউ উর্বরা—
ঙাক্লরো গর্গই মিংথোল,
থম্লো ব্যাসই মপাউথোল।

জৈ কহ্নৈয়া,
জৈ নঙ্গী জৈ!

# স্তুতি-পরেং

## মঙা

### ( যশোদা স্তুতি )

মৈয়া যশোদা চঁঙি যঙ্গোলদা
শুম্নগে অয়ুকী যঙ্গোম।
যম্লাউ মখুং থোং খোমজিল হোংনা হোং
পীথক্লি মপীগী মখোম।
থক্কে মৈয়া খোম থক্কে ঐসু খোম
লিংশিল্লি শেগাদা কানু।
ঙাইখো পীথক্কে যঙ্গোম শুমখিগে
থারে মখোম ম্নেংঙু যাহ্নু।
মাই য়াদে য়াদে যণবীদি তোদে
পীথকই হেক্তমক মখোম।
নোকই তকথংলি থূংনা কাঁচুলি
শুম্না শুম্না অহুম যঙ্গোম।
থকপিরো পূকচাউ লম্নোনবা যম্লাউ
ইনশিল্লি ভিংথংনা চুচু।
উশ্মি চুচুমা পাম্ন নৈ মচীন্মা
থকই কানু লাম্না চুচু।
খোমজিল হোংনা হোং নাম্মা খুত্তা থোং
থক্লি পাম্না হাউনা কানু।
মবুক পাই থাদে পেরে অহুম তোক্কে
চিংই অহুম ইক ইক চুচু।

মৈম্না মহাকথং          মশাই মাম্না লও
শান্নরি লীলাময় লীলা
নুংশিনা নোবা          নোনা নুংশিবা
বাৎসল্য প্রেমগী থুম্নবা।
করি যাহুনো          করি মন্ত্রনো
শান্নরিবা নংনা মৈয়া!
করি হিদাক্লো          কম্না কনবনো
থারিবা চুচুদা মৈয়া!
অন্নাম লৈতবা          খোবাং চণ্ডদবা
নারায়ণগি নঙ্গী কানু
লকই দ্বৈপায়ন          সোল্লি সান্দীপন
পাম্মি হুবু নঙ্গী চুচু!
চণ্ডৈজে ইকোক নোল          চরণ নঙ্গী কোল
তোল্লবা মীননা মৈয়া।
পীনো নথোঙ্গাল          নিঙ্গরি কাঙ্গাল
বাৎসল্যগী মঙ্গাল মৈম্না।
শক্কে প্রেমগী জৈ          বাৎসল্যগী জৈ
জৈ বাৎসল্য প্রেমগী জৈ!
শক্তি নঙ্গী জৈ          মৈম্না নঙ্গী জৈ
জৈ যশোদা মৈম্নাগী জৈ!

---

## স্তুতি-পরে

### তরুক

### ( যশোদা স্তুতি )

লোইরে তন্নমা      শুম্নিবত্নমা
  শুম্নিংলে মৈয়া মথংমা
উই ম্নায়োই কানু      তম্নাই থাও চুচু
  তোরে মৈয়া লৌশিং অমা।
থারুচো লালা      য়েংগে হৈবরা
  আদই যম্নাউসে নঙ্গুবা।
পীজনি মাখন      কটোরা বিক থন
  যম্নাউ থাববু হৈরবা!
হৈনি ঐ মৈয়া      চেল্লি কহৈয়া
  তবিং তবিং শ্রিং শ্রাউ শ্রিং শ্রাউ।
ইম্নজৈ মৈয়া      চেল্লু কহৈয়া
  থাও থামিন্নসি যম্নাউ!
ফমধে তম্ন'মুক      শুমগে যঙ্গোম'মুক
  লিংশিল্লি শেগাদা কানু।
থক্লে যম্নাউসু      থক্লগে ঐসু
  মাই কাঁচুলি নুংদা চুচু।
লাউরে মবুক তিং      সারে তম্না চীং
  শাম্নে সুম চিকই কক চুচু।
চোংই মৈয়া ফ্রিং      য়ে'ধৈ খুবাং চীং,
  নোকই য়েংখং হি হি কানু।

কাউরবোই চৈনা          চীনগোই মোমোন্না
চিকই করি চুচু লালা!
চিকপ্রা নোংমত্ত          ষল্লাউ অমত্ত
মপীগী মখোমদা লালা।
চিল্লয়োই মৈয়া          নোকই কহ্নৈয়া
কদো মৈয়া নঙ্গী চিজি!
নাল্লি মোমোন নোক          মুংশিনা মকোক
চুপচৈ মৈয়া মথম্মোই শি।
করি হিদাক্লো          কন্না কনখনো
থারিবা কানুদা মৈয়া।
করি যাত্না          করি মন্ত্রনা
কারিবা কানুবু মৈয়া!
লৈ তায় মহাকথং          ইল্লি ময়াথং
বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডসে মৈয়া।
চংলি ত্রুবু য়েং          পোইরৈ নঙ্গী য়েং
ইল্লি নয়াথং কহ্নৈয়া!
শকচৈ মীন জৈ          বাৎসল্যগী জৈ
জৈ বাৎসল্য প্রেমগী জৈ।
সোজৈ নঙ্গী জৈ          মৈয়া নঙ্গী জৈ
জৈ মৈয়া যশোদাগী জৈ।

———

## স্তুতি-পরেং

### তরেং

### ( যশোদা স্তুতি )

লোইরে শুম্বা যশোদা অয়ুক্কী যঙ্গোম,
য়েনবিরে গোপশিংদা তল ময়োম ময়োম।
যণবী যন্নাউ অপুম্বা থারে লোইনম্বা,
লোইরে থবক অয়ুক্কী পঙ্গাউনি অম্বা।
ফংলে রাণী তাঙ্গামা মিকুপ্নি'মক্তং
ফমধে হোনগে মাংগোল লাং সোর অমুক্তং।
কোঞ্জে অহুম কানুবু অশংবা মণি—
থারুগবা করম্না থম্মোইগী মণি!

কাউরমালে বারুবা শাম্বু থাদা কোল,
কাউরোইগবা করম্না আনন্দবু কোল!
নাঞ্জে মোমোন মচাগী খোইখোইবা শম্লাং;
থকচৈ থুম্না মিৎস্না'নী মারখোংথা খৌরাং।
য়েংনিংলক্লে মচাগী মুংশিবা কুম্মৈ,
চীনগোইরক্কী মুংশিনা মুংশিনা পোল্লৈ।
সাউ জগোই লালা'মুক্ত য়েংজগে ইমা,
সায়োসে লালা'মুক্ত য়েংনিংলে ইমা!

থক্কে মৈয়া অহুদি চুচু হান খিত্ত,
খিত্তনি মৈয়া খিত্ত খিত্তনি খিত্ত!

ওমশিল্লি কানু মমাম্ম মমাই মথাদা,
থিংজিল্লি নৌরবা মখূৎ কাঁচুলিমু'দা।
শন্তোকই চুচু অনী উম্মি ম্নাদা নাম,
শান্নৈ খোমজিল নৈনা নৈ মখূৎমনা নাম।
থকই থাদে ওন্না ওন শাম্ম শান্না'হুম,
য়েংজে রাণী মঙোদো মোমোন'মুম।

ওক্লে সারোসে লালা থকউ কোন্না'মুক,
সারোসে য়েংনিংলে য়াম পীথক্কে অমুক।
পীজনিদো মাখন দো কটোরা বিক থল,
পীথক্লিদো মঙ্গোম-দো কুলা বিক বিক থল!
চানীংদরা রসুগোলা লালমোহন মতুম!
পামজদম্মা লড্ডু-দো মতুমদো মতুম।
সাদোক্লোসে য়েংলসি য়েংনিংলে ইমা,
য়েংজগেসে অমুক্ত জগোইদো ইমা।

ঙাইখো মৈয়া চুপথিগে 'মুক্ম্ক্লং চুপ চুপ!
চুপ্পি কানু মমাগী চুচুদা চুপ চুপ।
চুপ্পি রাণীনা মচাই মাম্নথোংদা চুপ চুপ,
অচুপ থূদিং থৎলি লৈ মোমোন মোমোন চুপ।
অঙকপনি কহৈরা নঙ্গী প্রেমলীলা,
শান্নরি নংবু রাণী বাৎসল্যলীলা।
উরে নংবু প্রেমময় পুল্লি চেৎনা প্রেম
পানৌ নিজ্জো মীননা মরাক্লিদং প্রেম।

চোংলি লৈদা কান্ মখূং থাংগং ফন ফন
নোক্লি মোমোন মোমোন তবোপ তবোপ ধন ধন।
লোল্লি চোংনা চোংনা য়েংঙু হৈত্রা মৈয়া,
খূবাক খূও খূবাক খূ চোংগে ঐ মৈয়া।
শকউ মৈয়া ইশৈসু সাগে ঐ ভূগোই
সাউ মৈয়া নংসু হৈত্রা তান্নসি অগোই!
চোংলি কানু মরোল লোম্না লোম্না ফন ফন,
মোমোন মোমোন মিংস্না'নীনা লৈদা ধন ধন।

চোংলো লালা চোংলো,
থেক্লো লালা থেক্লো!
কেরো লালা কেরো,
নৌরো লালা নৌরো।
লৈরো লালা লৈরো,
নোয়রো লালা নোয়রো!
ফজরেদা লালা,
নীংথিরেদা লালা!
কেথরসি কেথরো,
নৌথরসি নৌথরো!
থেকথরসি থেকথরো,
নোয়থরসি নোয়থরো।
থূরি খূবাক হাইনা হুম থারি রাণী তাল,
নেৎলি তান্দা মমাগী চোংলি নন্দলাল।

চোংলে কানু চোংঙি ফন্না নন্দরাণী,
লৈবে কানু লৈজে মশা নন্দরাণী।
কেরে কানু কেজৈ অদুম নন্দরাণী,
নৌরে কানু নৌজৈ হেন্না নন্দরাণী।
খূরি খূবাক থারি রাণী মচাগী তাল
চোংলি নেংলি মমাগী তান্দা নন্দলাল।
ঙকচৈ মীন কনাগী জগোই য়েংগবা,
মূজৈ হেক্ত জগোইদা য়েংঙ্ য়েংঙ্বা!

অঙকপনি হে প্রেম নঙ্গী প্রেমলীলা,
খঙলুগনি করম্না নঙ্গী অমম লীলা।
লোরি নাউরা শক্তম পুরি মিংথোল কহ্ন,
উরি কাউওম প্রেম্না মানি নংসে ব্রহ্ম!
খূরি খূবাক রাণী পীরি তাল নংবু তাল,
চোংলি জগোই নেংলি তাল নংনা মাগী তাল।
চেল্লিবরা খঙদে মপাউ নুংশিবা শ্যাম
"সাই প্রেম ঐদি জগোই প্রেমগী অপাম অপাম।"

সারি জগোই লৈনা লৈনা নুংশিবা শ্যাম,
কাল্লি বাঁশী ফূইনা ফূইনা নুংশিনা কাম।
শক্লি রাণী থৈয়া থৈয়া তা তা থৈয়া
খূরি খূবাক দৃমি দৃমি তা তা থৈয়া।
থেক্লি নৌরি লৈরি নোয়রি নুংশিবা শ্যাম,
খোংলি বেণু ঈংনা মেঙনা নুংশিনা কাম।

তাউরি মণ্ডদা রাণী কাউরি জগৎ পূম্বা
থক্লি মিৎস্নানীনা শ্যামগী নীংথিজবা।

অমুবা কুচুনি নোংগী মচুনি,
নুংশিবা শাথেক্লি তোমাল মতম্নি।
খোইখোইবা শম্লাংনি অমুবা লিম্নি,
নুংশিবা মিৎফম্নি থম্বাল লৈকানি।
নীংথিবা পিশূম্নি চুমথাঙ মতেক্লি,
নুংশিবা মায়থোংনি শরৎ থাজনি।
নুংশিবা শকফম্নি প্রেমগী শক্তম্নি,
নৌজবা শকওংনি মধুরিমানি।

খোংলি বেণু ঈংনা মেঙনা নুংশিবা শ্যাম,
হাপ্লি মরোল ফুইনা ফুইনা নুংশিনা কাম।
হৌরি প্রেমগী নোং হৈথরি চুথরি প্রেম,
ঈহৌরি ব্রজভূমদা প্রেম ঈহৌরে প্রেম।
প্রেম মঙা পাল্লে মূরতি সাম্বি জগোই,
নীংথিজবী মধুরিমা কাম্বি মথোই।
মাঙলেদো ঐদি মাঙলেদো কপ্লিয়ে কাম,
খোংলি বেণু ঈংনা মেঙনা নুংশিবা শ্যাম।

নন্দগী মাংগোন্দা প্রেমগী নোংহো লাক্লি,
নুংশিবা শ্যাম তনৌ তমূ নোংহো ওইরি।
খোইখোইনবা শম্লাং নোংখোঙ নেম্না মংলি,
ফুইনা কাম্বা বাঁশী নোংখোং তোয়না খোংলি।

কোক্কী রাহোং চূড়া রাহোং জগোই সারি,
ওক্কী কুঁচ পরেং উরোক পরেং পাইরি।
খূজি নাচি সনা ফিগে নোংথাঙ কুপ্লি,
ঝন ঝন ঝন প্রেমগী নোং ঘুঁঙুরনা হৈথরি
লাক্লে প্রেমগী ঈচাউ লাক্লী নন্দরাণী,
লাক্লী নন্দবাবা লাক্লী ব্রজগোপগোপী।
পারে পাথোক্লে প্রেম্না লোইনা ব্রজভূম,
ওল্লে ব্রজভূম কানু প্রেম্না প্রেমভূম।
মূল্লি নন্দবাবা মূল্লি নন্দরাণী,
মূল্লি মীন মূল্লি লোইনা ব্রজবাসী।

রাক্লে মৈরা চোংশিল্লি মমাদা কানু,
চিংই মখূৎনা কাঁচুলি থকই চুচু।
কারি হুম্মাং ঈরীক শমখোঙ রৈনা রৈনা,
চেল্লি হুম্মাং ঈরী তুখোং রৈনা রৈনা।
কাম্মি রাণী সোর শেংই ফিনানা হুম্মাং
ফূজে নুংশিনা উম্না উম্না মখূবাং।
ওক্লে চিংখৎলি খোম্লাং লকরি মৈরা,
ওক্লি থকখিনি ফাম্ন থকই চুচু লালা।
থক্লো তুলি নহৈ মোমোন মোমোন মৈরা
ঙাকই মখূৎ খোং থকই অমুম্না লালা।
শাম্নরি রাণী মওল মওল মচাদা,
হাপ্লি হেম্নহুম চুচুট মহাউ কানুদা।
য়েংজে কুমৈ নুংশিবা তোল্লবা মীন
থকচৈ রসামৃত মমিৎ থূম্না থূম্না।

হায়নৈ জগৎ সাই জগোই কানুই পোইরৈ য়েং
কানু মশানদি সাই মৈয়া নঙ্গী য়েং।
অণ্ডকপনি যশোদা মৈয়া নঙ্গী প্রেম,
কার যাদ্ব পুরিবা মৈয়া নঙ্গী প্রেম!

চঙৈজ ইকোক নোল তাজৈ নখোঙ কোল
তোল্লবা মীননা মৈয়া।
পীনৌ নিঙৈ প্রেম নঙ্গী কানুই প্রেম
মরীক্কি 'মত্তংদ মৈয়া!
থম্মোই লৈকংলা সেমসি উর্ব্বরা
শকচগে মৈয়া প্রেমগী জৈ,
শক্কে নঙ্গী জৈ মৈয়া নঙ্গী জৈ
জৈ মৈয়া যশোদাগী জৈ!

---

# য়াকৈ-পরেং

## অমা

### ( নোংগৃম্নকখোদা )

য়াম্বা অশৈবা
চৈজিং খৃমাবা
নোংগৃম্নিঙায় ওইদবরা
নোংগৃম্নকখোদা !

হাদ সনাপৃঁঙয়োল
পলেম নুংশিকোলোয়নু
তেংথানিঙায় ওইদবরা
তেংথারখোদা !

লবুক লমথাং শংবানবায়
লোইবি চুম্বং খঞ্জরায়
মালং ফৌরোই ইগে ন লাং
ফর শরা থোঞ্জনু
হাদ সনা পৃঁঙয়োল
কোলোয় নুংশি মণিনু
শৈরাংনিঙায় ওইদখরা
শৈরাংরখোদা !

পায়মনুংগী থোজায়া
থোয়াং লাইজ ঈহোনা

ইস্ফাল নম্বুল শিন্থনু
পাখি নমোম ওকচনু
হাদ সনাপুঁঙয়োল
পলেম লোইবি খাঙ্গোয়নু
চৈজিংনিঙায় ওইদবরা
চৈজিংলখোদা।

পাবি যোম্নু চাঙ্গনু
পলেম ইমা পুকফনু
কোলোয় নুংশি চৌখ্রেনু
অশৈ নংবু কাউবরা,
য়াকৈনিঙায় ওইদবরা
য়াকৈরখোদা।

নরোয় নঙ্গৌ নুংবঙরায়
ননাও নঙ্গৌ লোন্দেরায়
চৈজিং নংবু কৌজেয়ে,
চৈজিংনিঙায় ওইদবরা
চৈজিংলখোদা।

চেক্লা কায়দোং কায়নরায়
মালং নোংলম লম্বুকরায়
পালোয়নিঙায় ওইদবরা
পালোয়রখোদা।

সনরিক পরেং

ৱাংলৈ পূজোয় অমদং
মিয়' চৈজিং লোয়নবায়,
পলেম নুংশি মিংগোৌরোল
হাদ সনাপূঁঙয়োল
পলেম লায়েক ভরেংনু
থোৌগম্নিঙায় ওইদবয়া
থোৌগললখোদা।

নরোয় ননাও খিবিক্লা
পলেম খোয়াং রায়নবায়
খোল্লাং লম্মল শিংনঙায়
য়াংদো লম্বী চিংনবায়
নিংশা নীংহল ফমদেংনা
য়াম্বা খোঙ্গুল মাজৈয়ে
লমজিংনিঙায় ওইদবরা
লমজিংলখোদা।

হাদ সনাপূঁঙয়োল
এহেল্লো অঙাল পাম্মোইনু,
নোংক্লা পূজোয় হৌখরে
ইনুং মঙাল ফাওরক্লে
ক্লাক্লা লানবাউ চেল্লক্লে
য়াকৈনিঙায় ওইদ্রিবরা
য়াকৈরসিদা

মাকৈ-পরেং

নপারি নমোম খিবিক্তা
শিত্তাক্লিঙায় ওইদ্রিবরা
শিত্তাক্লসিদা
থোৌগল্লিঙায় ওইদবরা
থোৌগল্লখোদা ।

মাম্বা অশৈবা
চৈজিং থূমাবা
নোংগৃম্নিঙায় ওইদবরা
নোংগৃম্নকখোদা !

---

# য়াকৈ-পরেং

### অনী

( তিল্লসন্থু রাংনা খুভম )

তারি ঙসি খোঙ্গেল অমা মানি ইমাগী খোঙ্জেল্লি,
তাওনে মুন্না নুংশিরোয়শা শোয়দ্রে ইমাগী মখোন্নি।
লাউবি ইপারি ইমোমশা লৈরে নখোয় বি,এ, কয়া
য়াওরে নখোয় এম,এ, কয়া তীর্থ শাস্ত্রী কয়া কয়া।
হাল্লে রত্ন বিশারদ কোবিদনচিংবা কয়া—
কোয়রে লৈকোক লৈবাক কয়া থক্লে ঈশিং মখল কয়া।
সেবা থোংগাই পুবা য়ারে ফরে নপাল নখোয় পূম্বা
তোরো সেবা নমা ঐগী য়েংলো লখী য়াইফনবা।
কল্লুরো ইমাগী ফম্ফম থারুবো ইমাগী ফিদা
য়েংদুনা হান্নগী খুভম বিশ্বভারত কংলাদা।
জাতি জাতিগী সংস্কৃতি লৈবাক লৈবাক্কী সভ্যতা
যাদুঘর তারুববা বৃটিশরাজ মতমদা,
ফুগৎনবে লোইনা ঙসি ফম্ফম শীনবা নুমিৎসিদা
য়েংনরি ঐগীনা কৈদা তারি নঙ্গীনা কদায়দা।
উৎনরি লোইনা সাহিত্য জাতিগী অরুবা দলিল
কন্নরি চেক হেক মখুভম দলিল দলিলগী মতুংইল।

"ইপারি ইগোম খিবিক্লা করি নখোয় নুংবংনরি,
খল্লুদরা লৈতে দলিল লৈ থম্মি ইমানা থম্মি।
লৈয়ে থম্না খেদৈ লূবাক খেদৈ টাবু থম্না থম্না

কিরুগমু করিমত্ত খূজিংনি চাম্মা চাম্মনা।
নোংদম্বগী নোংদমখোম্না কাউরুরেদো নখোয় খায়না
ইমা নৈরি হায়বা ফাওখা নীংসিংবা কোবা নৈতনা।
নীংসিংলকখিনি অদুবু খল্লুই নোংমা ইচাশিংনা
করা কুইনা শুম্ন্‌গনি লাংগোই শামু চৈজিংখোম্না।
থম্মিয়ে 'ত্নুনা ইমানা চেৎনা অমত্ত মাঙদনা
হাঙলো লূবাক হাঙলো টাবু লৌয়ো দলিল খিবিক লোইনা।
নীংথিজবা লাইয়েক ঙাক্লি লাইগী খূৎফম্মি অশেংবা
কোরৌ মতম ঙাক্লি খঙজো ঙাজবদ মথংজবা।
খূরোই নমায় কদৌনুংদা মাঙলোই সন্মান করিনুংদা
নমান্নবা ময়াম মাঙদা ঙসি ফম্ভম শীন্নবদা।
কল্লুরো ইমাগী খুভম থারুরো ইমাগী ফিদা
নখোয় নৈনা মায়খূরুনি করি ইমান্নবা মাঙদা।'[১]

চৌগৎলসি নুংশিরোয়শা উৎলুরসি ঐখোই দলিল,
কল্লুরসি ইমাই খুভম অত্তাবিদা তুংইন দলিল।
পাইরি য়েংউ নোংদোনথক্তা নীংদমফিরাল মচু অহুম,
চেল্লি মপাউ হাইনা হুম্না চৎসি খঙনা যোগ অহুম।
হাইগৎনরে মপাউ তুংইন জাতি পূম্বা লোইনা ফিরাল
হাইগৎলসি নুংশিরোয়শা ঐখোয়সু ঐখোয়গী ফিরাল।
থাংদোক্লসি টাবু পরেং পুথোক্লসি লূবাক পরেং
লেংথোক্লসি লাইয়েক পরেং তরু তরু পরেং পরেং।
পুথোক্লসি ভারতকী মহামানব সভাদা
খঙহল্লসি সনাপুংনি মণি লোইবি মালেমপুংদা।

লৈকরেদো ঐখোয় পৃথ্বা নোংদম্বগী েো দমখোম্না
মতম থব মীথা থানা পৃক্লীং হকচা' অনী তুনা
লা'গোই মতম ১ঙদা চংপা চৈঙ্খিং'বগী চৈঙ্জিংখোম্না
তাঙক্স মতম জগোই সাবা লিনবুবগী তুম্বাখো'ম্ল ।
কাউকরেদো ইমা থীনা খঙলুদ্রেদো ইশক ইচু
চঙলসি হৌজিক্তি সেবা ইমাগী থব্রায় হকচাং তু ।

লৌরসি পারেলগী খোঙ্গুল ভাক্লসি মখোয়গী মগুণ
তম্নসি সাহিত্য লৈহুল শক্লসি ইমাগী মগুণ।
হিংজৈ করিনা জাতিমা! হিংজৈ মশাই সাহিত্যনা,
হিংজৈ করিনা সাহিত্য। জাতিগী গুণ প্রেম অনীনা।
সাহিত্য লৈতবা জাতি চন্দে মীশীং জগৎসিদা
উড়িয়া ভাবুক মতম্লি হায়রুবগা কৃমৈগাদা।
সেম্লসি সাহিত্য লৈকোল নীংথিজনা পৃক্লাং হূনা
থারসি সাহিত্য লৈরাং মখল মথেল লোইনা সূনা।
কারসি নোহোনা অযুক ইমাদা লৈরাং অনোবা,
তম্লসি নোংহোনা লৈহুল পারোন্দা শাঁঙেল থোইখোইবা।
নোকচগনি পারোল খিবিক লৈচিল খোঙনেংনখয়বা,
ফঙ্গনি চারোল খিবিক ঐখোয়গী ইনীং খোম্লকপা।
পেঙ্গগনি পলেম মাসু মপারি মমোম পোকচমন,
ঈংজগনি ঐখোয় থায়সু শিংলে খিত্তং খোম্লাং মমল।
থানগনি মৈতৈ ঐখোয় নীংথিজবা জ্যাতি শাংদা
চম্লনি ঐখোয়গী কৃষ্টি অরাংবা থাকী পরেংদা।

খঙলবরা নুংশিরোয়শা পুনশিগী অর্থ অথুপ্পা।
থোগাইগীনি পুনশি অসে সেবাগীনি ঐখোয় পুন্না।
মজাত্তিবু নুংশিদবা নুংশিবা ঙমদবা মীওই
মরৈবাকপু নুংশিদবা নুংশিবা ঙমদবা থম্মোই
মমারোলবু নুংশিদবা নুংশিবা ঙমদবা মপোক
সেবাগীনি পুনশি অসে থঙজবা ঙমদবা মকোক
অরেম্বনি অরেম্বনি মী মহাক্কী মপোক অদো
পোকচরম্মল মাঙলবনি তারবনি মীরেম কৌ'দো।
পোকই কদায় কান্নদরে চাজদরে পোকচরম্মল
হি'লুই কদায় অরেম্বনি চাজরুস্রে হিংজরুমল।
ঈহুন্নদা থাবা কোংগোল ইহন্নদা তাকপা মতম
নাউইতোংনা অরেম্বদা লৈশাং তমজরবা মতম
অরেম্বদা চৌখ্রাঙনবা পুনশিনিদো খঙনৈ অহুম
পোকপা শিবা 'নীগী চৈনা শাঙবদ থংলবনি 'হুম।
অমম্বা 'নীগী মনুংদা মম্না কম্নবনি অহুম
নামং মাঙবগুম্না সিদা মাঙলদোনি অ'দমু 'হুম।

থীন্থরন্নু নুংশিরোয়শা শিংহৌরসি ইমাই লম্মল
চারসন্নু মহৈ পুনশি হন্দক্মুক্কী পোকচরমল।
তাও লাউরি ইমানা ঙসি ইমাই নুংশিবা খোঞ্জেম্না
"তাখিদবা কুইবে ইমা অশৈবগী থোগল পেনা।
চংখ্রে কৈদা লোয়নীল পেনা চংখ্রে কৈদা খম্মিন পেনা
চৈথোক চৈদোন তাঙান তোঙান তাখ্রে কৈদা য়াকৈ পেনা!

লাকপ্রে চারোল কয়া কয়া চৎপ্রে চারোল কয়া কয়া
থারুপনি চৈশীং করম মথোই মশীং সুরে কয়া!
কায়খিদেদো ইমাই শৈরাং নো'মতবু চারোন্নত্ত,
নুংশিরকই ইবুঙ্গীংসে কপ্পীংলকই থল্লুবদা।"
তারেপনা ইমাই ভেংথা। তম্নসি সাহিত্য লৈহুন,
পায়রো থৃত্তা খোর্জ্জৈ লোইনা শক্রসি ইমাগী মগুণ।
কংলসনু ইমাগী পি ঈংজরসনু মথম্মোই
ইপাল লাইজগুম মবুঙ্গীং কারসনু হরাউ মথোই।
নোংদমখোম্না কায়করবা হজিল্লসনু মখুভম
ভারত কংলৈ মপুংয়ায় তিল্লসনু রাংনা খুভম।

---

## য়াকৈ-পরেং

### অষ্টম

### ( ইমানা নঙ্গীনি )

শকে ইশৈ অমনীদং পুনশিংগী ভয়ামদা,
ঙংনুই নোংমা ইশৈ অমা বঙ্গী শৈশক্তা।
খোকখি কনা নীংখিজনা তাদে 'দূবু থরায়,
ঙকখি খল্লুই করিননো তাদে করি থরায়!

তাখি তাঙা অসিমক্তা ন্ংশিবা শৈশক্পা,
মেরাগী তুরেল ঈখোলঙম মিরবা মুরমা,
ভায়া হারি পিথাদোইগী খোরৈনি তেংথামা,
পেনখি থম্মোই তাখি থরায় মুনখি মিকুপ অমা।

শৈশক্নি থঙলে লোলমগী থম্মোইদা থুপচবা
অসুক হৈয়মগনি মাবু ঐনা খল্লুদবা।
ঙকখি থম্মোই মানা হংখি কনানো নংবু লোল,
করি করম 'সুক ন্ংশিনা শক্নিবা নংনা লোল।

কাউরবা নংনা ইমাবু খুমথি তুখিনা লোল
শিঙ্গুরকখি মম্মিত্তা পি তাখিদয়ে মতোল।
থঙলে খুদক লোলগী মশক থঙলে ইমায়োম্নি
"ইমা লৈ" ঐবু কোল্লকপা ইমা মৈতৈ রোম্নি।

লাল্লে ইমা খুয়াখাদা লণ্ডথরে নচানা
থৌজাল হৈবী নংনি ইমা চানবিনি থৌজাম্না,
চণ্ডজখি তম্না থম্মোইনা ইমাই খুয়া খাদা
নিজখি ইমাগী থৌজাল ইমাগী মফমদা।

লাইরৈমগী মশায়োম্নি চীংখৈণ্ডানবী ঐনি,
মালেমগী য়াকৈ অহানবা শকপা য়াওরকপীনি।
ভারত কংলৈদা য়াকৈ হান্না শরুকপীনি,
''ইমা লৈ'' নংবু কোল্লকপা লোন্দো নমা ঐনি।

নঙ্গী নুংশিবা শৈরেংনা ইমাগী শৈরেংনি,
নঙ্গী নুংশিবা সুরনা ইমাগী সুরনি,
নঙ্গী নুংশিবা শঞ্জনা ইমাগী শঞ্জনি,
পারি নং ইমাগীনি ইমানা নঙ্গীনি।

---

# য়াকৈ-পরেং

## মরি

## ( ফিরাল হাইগৎপদা )

নীংদম্বা তিম্নাদা নী'দম্বা ভারতকী হাইগৎলে নীংদম্বা ফিরাল,
ইনু'গী নোংলক্তা সিরিবা মালংদা পাইজরি সিরি মচুহুম।
শান্নরি নোংলৈমা হাইরি চূমথাও মতেক নী'থিরি ফিরাল হাইনা হুম,
শিন্থরি অনৃত ভাবুকী থম্মোইদা শান্তিগী নী'দম্বা ফিরাল ।

হোরে লোইনা ওসিদি কংলৈ ভারত নিঙ্গে পূংনা শেন্না পূম্নিল
শক্তি লৈয়েং খুদিং ইমাগী বন্দনা ঈহোজরি প্রেম ভক্তি ।
বন্দে মাতরম্ ভারতমাতাকী জৈ কংনরি ইমাদা ভক্তি,
নিল্লি মায়গৈ তরা ইমাই জয়গান্না পূংশেন্না হাপ্পি 'মুক ইনিল।

খুল্লি হিমাচল শক্তি চাংমায় লিশিং চাংনা লেম্না ইমাগী জৈ
বন্দে মাতরম্ ভারতমাতাকী জৈ অখণ্ড ভারতকী জৈ।
চোংলি মহাসাগর উদ্দণ্ড নৃত্য শক্তি মঙদা ইমাগী জৈ,
বাপুজী কী জৈ জৈ রাজেন্দ্রজী কী জৈ জৈ জৈ নেহরুজী কী জৈ ।

লাক্নো ন'সু তম্ব চঙ্সো নংসু চা'বু লে'পো পরেং নংসু মুস্লীম,
খোংলো খুং চাংবু ন পেবা নংনা তম্ব পায়বো শনাই নংসু মুস্লীম !
ওসি নীংদমকোরোগী নীংদমতম্নামদা শরুসি ঐখোয় ইমাই জৈ,
নীংদম্বা তিম্নাদা নীংদম্না পাইরিবা ফিরালগী শরুসি 'খোয় জৈ।

জৈ

নীংদমফিরাল মচুহুম
জৈ নঙ্গী জৈ!
জ্ঞানকর্মভক্তি যোগহুম
শক্তিরিবা মচুহুম
জৈ নঙ্গী জৈ!
পাইরো ফিরাল মচুহুম
যুগপুম্বা হাইনা হুম,
জৈ নঙ্গী জৈ।

য়েংজরিয়ে শহীদশিং লৈচিল ফিরুক হাং ফিরাল নংনা পাইজরিবা,
কোক্লমাল্লে চৈনাখোল নঙ্গী নুংশিং লাং নোক্লি যোমোন মখোয় পুম্বা
পাইযু পাইযু নীংদমফিরাল মচু-অহুম নচা শহীদশিংগী মশুং
যুগ যুগ পুম্বা পুক্নীং হূনা হাই হুম নুমিথাগুম নঙাল তন শুং!

শক্লবগুম লাংবন্থাদা ঋতুশিংনা লাক্লি ঐখোয় ইচীমাওশা
লোৎহোরবো ঐখোই মঙ্গলকামনা নোংগুম্লক্লি ঐখোয় নশুং
শক্লি তাব্রা শহীদশিংনা পরেং পরেং কৎলম্লে 'খোয় থরায় নশুং
নীংদম্লে ইমা ভাবত য়াইফজরো য়াইফজরো নুংশিরোইশা।

যজ্ঞপুংনি মালেমপুংসে নুংশিরোয়শা যজ্ঞনা ত্যাগ কৌবনি,
চোতানি নশানা তবিনি থোগাইনা কচ্চৌ ত্যাগদা আহুতি।
ফংনি বিশ্বকুটুম্বকং তাঙ্গোয়ননি শান্তি
ফংজগনি জগৎসু শান্তি নহাকথং ঈংনা লৈতানা পাঙনি।

খোংলো শনাই খোংলো পেনা খোংলো নংসু খুং
চিখরনু পেরেশিংগা নখোয়সু মোইবুং।
থীল্লো নংসু কংলা য়াইবুং হোনা লুম্না ঙং
য়ৈরো নংসু তরেৎ শেনবুং ঈংনা মেঙনা ঙং!
য়ৈরো ঝাল খিংলো করতাল খিংলো ঝলরী
থীল্লো ঢোল ঢোলক নাগড়া চোংলো খঞ্জরী!
চিখরনু নখোয়'মত্ত পুংশেনগী জাত্তা
চঙলো লোইনা ফিরাল থোগল ঙসি নোংখাইদা!

শল্লো শক্তি ইচীয়াওশা,
তিরংগা কী জৈ।

নীংদমফিরাল মচুহুম
শক্তিম্নিবা যোগহুম
জৈ নঙ্গী জৈ!
পীরো শিক্ষা
পীরো দীক্ষা
নচাশিংদা
জ্ঞান কর্ম ভক্তি যোগহুম!
মুংলসনু হিংসা
পাল্লসনু অহিংসা
ওইরসনু ভারতভূমি
শান্তিগী য়াতাভম।

সনল্লিক পরেং

তোরসন্‌ বিশ্বজগং
পূণ্যভূম ভারতা
গুরুবরণ।
নীংদমক্ষিরাল মচুহম
শক্তম্লিবা যোগহম
জৈ নঙ্গী জৈ!

---

# য়াকৈ-পরেং

মণ্ডা

( খোঞ্জেল অমা )

খোঞ্জেল অমা
খোঞ্জেল অমা
লাক্লি ঙসি খোঞ্জেল অমা
নুংশিরবা খোঞ্জেল অমা।
ছুম্মি মিনা নোংলম
নৈরি মিনা মালং
ঈরাম্মনরি মিনা মিনা মালং নোংলম
ইপোম্মরি মিনা মিনা মালং নোংলম।

নত্তে নত্তে ইনুঙগী
চেক্লা খোন্দ্ লোরবা,
ঈচৈন্নবা লাইজ্বগী
লাইজখোন্দ্ মিরবা,
নোংজা কোইবা কনাগী
বাঁশীখোন্দ্ লিরিবা।
লাক্লি ঙসি খোঞ্জেল অমা
নুংশিরবা খোঞ্জেল অমা।

মানি শোয়দে নুংশিখোল এহেল্লো ইনুঙ ঙাম্মবা,
খোল্লৈ মাগী নুংশিবা সাম্না শৈপাম্নজবা,

সনরিক পরেং

মীণা কোৰী যন্ত্রনা নুংশি খোম্থাংনজবা
জগৎপোকপী ইমাগী কুম্মাং খুদিং ম্নাকৈবা
নুংশিখোম্নি নুংশিখোল
নুংশিখোম্নি নুংশিখোল।
ঈরাম্ননরি মিনা নোংলম,
ইপোম্নরি মিনা মালং।

শক্তি মিনা নুংশিখোল
ইমা লাক্লি লৈরাংশা,
ভম্মো লৈশাং নকা লাম্না
লৈকা খুদিং ম্নৈনা ম্নৈনা।
ভম্মো হৈরাং হৈরাংশা
হৈরাং মপুং ফানা ফানা
হৈকা খুদিং মৈনা মৈনা।
কারো হৈরাং
কারো লৈরাং
ইমাদা
লোংমাই চোম্না লৈরাং
পোম্মাই চোম্না হৈরাং।

খিংলো মতু চেক্লাশা
শৈদিম্নরো উকা লাং
শক্লো ইশৈ
লাংলো ইশৈ

লাক্লি ইমা ঙসি নোং।
ফক্লগনু ম্নাম্নৌশা
খোৌশাজরো লমজাউ লাং
সারো জগোই
কারো নথোই
লাক্লি ইমা ঙসি নোং!
তাগে ইশৈ য়েংগে জগোই
কাগে ইমা হম্লাউ মথোই।

পাবি ইমোম খিবিক্লা,
করি ব্রাংপা কুবিগে
কুবিহৈবী নমা ঐনি!
করি কিবী কনবিগে
কনবিহৈবী নমা ঐনি!
য়েংগে নখোই নুংঙাই লম্বী
ম্নানগে নখোই ম্নাইক লম্বী
লাক্লি ইমা ঙসি নোং
কুম্লাং কুমওল লাকপা নোং।
কাউরো লোইনা হৌখিবা
য়েংলো মুম্না চংলিবা
থন্লো তুংগী কনবা।

পুনসি চোম্না থরায় হাপ
থরায় চোম্না খোনা হাপ

কাজো অথেল ইমাদা
থাজো খোঁঙা ইফমদা
লাক্লি ইমা ঙসি নোং
কুম্লাং কুমণ্ডল তম্বা নোং !
খঁঙ্ মালেমপুংসে যজ্ঞপুংনি,
যজ্ঞনা ত্যাগযজ্ঞ কৌবনি।
নশানা হোতানি
থোগাইনা হবিনি।
কৎলু যজ্ঞ নিতি নিতি
কৎলু থোগাইনা আহুতি !

মৃৎখিগনি হিংসা
পাহ্লৌনি অহিংসা।
কোম্নগনি জগৎ নশেল নুংশিননা
খঙনগনি ইচীম্নাওনি নথোয় লোইনা।
লৈররোই অশান্তি
পাহ্লৌরনি শান্তি।
শান্তি তালোয়না পাল্লনি
পুনশি খুদিং ঈংজরনি।
লাকনি জগত্তা
স্বৰ্গই মঙাল,
কাওগনি পুনশিদা
লাইগী মঙাল !

পারি ইযোম খিবিক্সা
করি য়াংপা ইমা নৈ
করি কিবা ইমা নৈ
পান্থোইবীনি নমা ঐ।
লাক্লি ঙসি খোঙেল অমা
নুংশিরবা মপাউ অমা!
হৌগংলসি হৌজিক্তি
ঐখোয় পূম্বা ভারতী,
কংলসি ত্যাগযজ্ঞ
পূনশিগী থাবা যজ্ঞ,
থারসি খোঁঙা
ইমাই থূয়াখা!

---

# য়াকৈ-পরেং

## তরুক

### ( ঈচাউনি অমা )

ঈচাউনি অমা, নীংথিরবা ঈহৌনি অমা,
নত্তে নোংজু ঈহৌ তুরেলগী- লাইজগী ঈচাউ,
মচুগীনি হায়সিরা, নত্তে'দ্রস্মু, হায়গমদে,
মঙালগীনি কৌসিরা, নত্তে'দ্রস্মু, কৌগমদে;
লাইরৈবাক্কী নীংথিবা ফজবগী ঈথৈমা,
অশংবা অঙাংবা নাপুগী নীংথিবা ঈচাউ.
কোরৌ নোংখোঙ হাংবরা. লাক্লি, খঙদে, মালেমদা
লাইবৈমনা ঙসি নোং খোঙদানীংউ মালেম লৈ।

চোংঙি নেম্নেম হানৌনা তনৌ তনৌ ইশং শং,
হুল্লি ঙাঁ-ঙাঁ য়েন্নীংনা তদেক তদেক ইনৌ নৌ,
চংলি লেঙ-লেঙ নানৌনা নাপু সানা পৃম্নৌ নৌ,
মহেল্লোনরি মালেম লৈ উরৈ রারৈ পৃমশং শং।
লাইরৈবাক্কী নীংথিবা ফজবগী ঈথৈমা,
অশংবা অঙাংবা েমানবা মচুগী ঈচাউ,
কোরৌদগী হাথরকপরা, লাক্লি মালেমদা
লাইরৈমনা ঙসি নোং খোঙদ নি খঙ মালেম লৈ!

চীংনুং সনালোক্তগী সনা ঈরী হাদোরক
লোইবি তক্ষাখোংদগী নুংঙ্গাই নুংঙী পাথোরক

সনা ঈরী ঈহৌরি মালেম লৈদা সনরোক,
নুংয়াই নুংহী ঈওম্লি লোইবি লোক্লু তস্ফালোক;
লাইরৈবাক্কী নীংথিবা ফজবগী ঈথৈমা,
শংলেল শংবান ওম্ভাং তঙৌগী নীংথিবা ঈচাউ,
কোরৌ নোংথোঙ হাংবনরা লাক্লিয়ে মালেমদা
লাইরৈমনা ঙসি নোং য়াথোক্লনি মালেম লৈ!

হুম্মি লিরি মালংবা ঈংমা তপ্পা খোঙদোই হুল,
য়েল্লি মনম নুংশিবা মালেম লৈকোম্ব থুংনা হুম।
ফজ কনাই খোঙদোই তম খঙদে লিরিজরিবা,
নুংশি কনাই মনম লাং হৈনম লৈনম চেল্লিবা!
চেল্লি মপাউ কনাগী মালং মানা লৈখোং য়ৈ
খঙলুগনি কনানা তুমিন তুমিন হৈখোঙ য়ৈ।
পান্তা কোন্দা চাক্তাবা চেক্লামন্ত চিথদে,
চীংদা মান্দা যাহিপ্পা য়ারোমন্ত নান্থোক্কে।

কনাগীবু ওইগবা, ওইরুগবা কনাগী,
ইমাগীনি ইমাগী জগৎপোকপা ইমাগী।
কুমগী লাকয়েল ওইবনা থোজাল খুদোল তমজনা
থোজানবিগে মালেম লৈ নোংগুম্লক্লি নৌহৌনা।
কোরৌ নোংথোঙ হাংবনা লাক্লিবনি মালেমদা
লাইরৈবাক্কী ফজবা নীংথিবগী ঈথৈসে
নীংথিবদা লোইরবা ফজবগী ঈচাউসে
খোঙদাবিরক ইমানা ঙসি কৌবা নোংসিদা

কংলুরবা লৈপালশিং পলেম মাগী থোক্তাল লাং
লৈরাং লৈয়োল তন্না চোং তম্লি লৈশাং লৈকা লাম।
য়েল্লি লৈনম নুংশিবা লৈনম পাম্বা মালংদা,
তম্লি খুদোল লৈরাংগী লৈরাং চিনবা তাইবংদা!
খাঁঙি লৈহি অথুম্ব লৈহি পাম্বা খোইমুদা
তরাম তরাম হরাউনা লৈরাং ওইবা পুনশিদা।
থিরুদেদো লাংজমল শীঁঙেল চাদি লৈনুংশি,
হরাউ হরাউ মোমোন নোক লেজৈ অচুম লৈপুনশি।

শিরুরবা হৈপানশিং নিংথম খাবা উনখা লাং
হৈরাং হৈয়োল তন্না চোং তম্লি তাউজিং হৈকা লাম।
য়েল্লি হৈনম নুংশিবা হৈনম পাম্বা মালংদা,
তাউজিং চীন্দম নীংথিবা তম্লি খুদোল তাইবংদা।
থাঙলি হৈহাউ অথুম্বা হৈহাউ পাম্বা চেক্লাদা
তরাম তরাম হরাউনা হৈরাং মাগী পুনশিদা।
থিজদেদো অমুক্ত হৈরাং মাগী লাংলুমল
লেজৈ অচুম মপুনশি য়াইফজরে পোকচমল।

খোংঙি থংগোং লোনা লো লাইজথক্তা ইপোম লাং
চঙলি থোগল ইনুঙ্গী শৈরাংজরি ইমাগী।
পুরি থোগল নুংথিলগী পিথাদোইনা উকা লাং
নুংশি মপাউ শোক্লা তম পলেম কাদা থাদোইগী।
য়াচঙবগী থোগম্না চঁডি চীঙ্গী হারিনা
অৱা মপাউ কপ্না তম নোংদম থীবা মপোক্কী।

পুরি নোংজ্মা থোগম্না লোইবি লোক্কী তাম্নানা
তম্লি মপাউ অরাবা নোংদম থীবা মপোক্কী।

লাংহ্নৌরসি ঐখোয়স্মু ঙসি কৌবা য়াইফনোং
কুবিনীঁঙ্ ইমানা খোঙদারকৈ ঙসি নোং।
তোল্ল-তার মাঙদা থাও তোন্না পোকপা নপোক কাউ,
চঁঙ্ মথং অরানং অরা অনং লোইনা কাউ।
করিমত্ত হংগোইনু থাজো খোঁঙা অরানং
করিমত্ত থাক্লন্নু লোইনা হেক্ত অকিখং।
ঙাইখো শেংনা চামখিসি মিংকী পিনা অরাবা
লৌবিগনি ইমানা কচ্চবদা লৈজবা।

য়াইফ নংস্মু চঁঙো, চঁঙো নংস্মু অপাল অপিল,
তিন্নি করম তোল্ল 'লক ১ায় নত্রা নাপল ইথিল!
থারো খোঁঙা নাপন্দো খূয়াখাদা ইমাগী,
খোরাংদরা পুনশিনুং শান্তি ঈরা থোজ্বালগী!
লাইরৈবাক্কী মঙালগী লাক্লিঙৈদা মশেক্না
ঙসি কৌবা য়াইফনোং লোকহৌরসি মরীক্না
মরীক মাগী মঙান্না ভারত কংলৈ সনাপূং
লাইরৈবাক্কী মচু শোক শুইরসনু য়াইফপূং।

শ্লেংঙ্ ঙসি ঈহৌরি ভারত লৈমা মশাইগোল
মচু পরেং পরেংনা মালং নোংলম তূনা খোল!
লোক্লি মচু নৌহৌনা নীংদম'ফ্রর ল মচুহুগ,

নীংথিববা কয়াদ নো'ংদোল লাংনা হাইনা হুম !
শক্তি ব্যোমচারীশিং ফিরাল তু'ইন হাইনা হুম
নীপা থোকউ ভারতী নুপী থোকউ—থবক তৌ,
তৌনু পূজা নশাগী সেবা ধর্ম দীক্ষা লৌ—
পাইজগনি মচুহুম যুগ পূম্বা হাইনা হুম।

লানফমনি পুনশি, লেম্না লৈতবনি খোংগ্রেংনা,
হানৈ লৈতে ওহাক ধর্ম অধর্ম অনীনা।
মুমৈ থম্মোই—নিংথৌ খুভম। জম ওইরে ধর্মনা
চৎলি থম্মোই লাইগী লীচৎ, ওমে অধর্মনা
চৎলি অ২ম হিংচা ল'চৎ, চানৈ অচম অওম
অকনবনা অশোনববু লেমৈ ওাগী মতম।
লৌই জগৎ পাপকা মশক ওই মশা মৈগী কোম
চাকই লোইনা অফং অফং তমথিবা মৈগী কোম।

তাও চেন্নি মপাউ মচুহুম লিরি লিরি হাই হুম
লম্মুক্লনু পুনশি খোওভম চৎলু যোগ অহুম।
থৌগাইগী লাকপনি নখোয়, তৌ নীংথিনা থৌগাই
পীবা তম্মু হোম ত্যাগযজ্ঞদা নশাই থৌগাই।
নুংশিমু নরৈবাক, নুংশিমু জগৎ অপুম্বা
য়েংউ লঘী জগংকা নীংদম পাম্মিন্নববা।
পাইজগনি মচুহুম শক্তম্নিবা যোগহুম
যুগ যুগ থুদিংদা নোংদোল লাংনা হাইনা হুম।

———

# য়াকৈ-পরেং

## তরেৎ

### ( লোইরে নিংথম )

লোইরে নিংথম খাবা উল,
লাক্লে কুমগী অনৌবা য়াওল।
মালং লিরি শউম লাং— থরায়গী ঈহুল,
মাহেক্লোরে মাপেম নৌহৌ পুনশি খোঙদোই হুল!

হুল্লে য়েন্নীং উক'দা উপ ল নৈন' উকোয়ুং,
চোংলে হানৌ নৈমায়থক নৈগায় খোয়া লময় উনুং।
তরোই তরোই নানৌনা য়েংথজরি হানৌ তম,
তনৌ তনৌ হানৌনা য়েংখচ্চরি নানৌ তম।
ওক্লরিয়ে মিচ্চানা "ফজথ্রেদ করিনো!"
"ঐবু মহাক মাল্লিদ্রা, করি মনীংথিজনো!"

চীংদা ওংবা শীঁঙেশ নৈরাং কারে লোইনা হেদৌ,
কারে লোইনা মথোই।
তমগী নৈরাংশিংগীমু 'ঢুম অমত্তনি মতৌ,
কারি লোইনা মথোই।
তনৌ তনৌ ইঙৌ ইঙৌ তম্নি নৈশাং নৈরি।
নুংশিক্লবোই নৈনম হুয়ি মালং লিরি লিরি
নৈরাং নৈখোং লাং।

তঙাং তঙাং তনৌ তনৌ শাংলি চীংথ্রাউ হেন্নী
লোইবি চীংমান্ন লাং।
তপথরিন্নে মালং খোইনা হেন্না লিরিথরি
লাংঙ্গ চীংথ্রাউ লৈনম।
চীঙ্গী থম্বাল উথম্বাল তম্লি লৈশাং হেঞ্জরি
ম্নেঙ্খি নুংশি লৈনম,
শাংলি উগী উকা থুপ উখিগনি মতানি
মেলৈ লৈম্না নোংজুম্পাল কদাম্বদি লৈনুংশি।
ইনুংদা মদোম হেনবা শজিক্লা থুপ্লগান
কবম্না।
ম্নাচঙবদা মৈরা থানবা থবানা লোংলুনি
কবম্না।
মশেক মঙাল লাং হেঞ্জরিন্নে উকোল ঈংনা ঙাল,
হেঞ্জরিন্নে চীঙ্গোল চিক্লা ঙাল।
চীংগী মতু থূদিং লৈনি ঙসি কোৎবা নোংদি
তম্লি লৈশাং লোইনা।
তমগী তুবুম থূদিংমক অমত্তনি ঙসিদি
তম্লি লেশাং লোইনা।
মালেম লৈমই ফুলদোলনি ফুলদোল ঙসিদি।

ঙংলি লৈকোম্নংদা খোইমুনা
মাগী মল্লবা কাইহৌ ইশৈ,
নিরি লৈহি লৈনুংশি—
ম্নেক অতুম মনুংশি।

শক্লি পাত্তা ঙানু থ'গোংনা
মাগী মল্লবা কাইহৌ ইশৈ,
ইনুং ঙালে পাম্মুবী—
মল্লে অত্তম মনুংশি।
পিথাদোইনা উতোল লাং
শক্লি মাগী মল্লবা তেংথা,
থাদোই থাদোই পিথাদোই-
মল্লে মঃা মনুংশি।
তেংথাম্বিয়ে চীংদোন লাং
হিক্লা মাগী মল্লবা পাউদম
চীংগী হান্নি য়াইথীবি—
মল্লে মম্না মনুংশি।
তেংথাজরি লোক্মায় লাং
মমাই খোম্লাং ঈখৌ লাং
চীঙ্গী তাম্মা য়াইথিবি—
মল্লে মম্না মনুংশি।

মল্লবা তৌদ্রি খোংলি ঙসি নোংহৌনা,
মল্লবা পেনা খোংলি মাসু নোংহৌনা।
হোগংলো অশৈ শক্লো নংসু নোংহৌনা
মল্লুরবা নহাক্কী ইশৈ—
থায়নই লৈরাং লৈনুংশি,
মল্ল-মল্ল মনুংশি।

---

# য়াকৈ-পরেং

## নিপাল

### ( পাম্হোইবীমি নংদি )

লাক্লে বসন্ত
খিক্লে অমৃত।
শিন্থুরি অমৃত,
চুথরি অমৃত,
হৈথরি অমৃত।
অমৃতগী ঈহো—থবায়গী ঈহুল,
মালেমদা
লৈচীন্দগী লৈচীল।

শীংদা শীঁঙেল,
লৈদা লৈরাং,
হৈদা হৈরাং।
খিংলি মতু চেক্লাগী শাগৈ,
তলা উকা লাং।
তম্লি খোশা য়ারোগী মপৈ
লমজাউ উকোল লাং।

অনৌবা আশা
অনৌবা পাংগল

অনৌবা থৌনা
মীরমদা
থোঙজীন্দগী থোঙজীল।

নীংথিরে কংলৈ সনাপুং
পলেম মহাকী শান্নপুং
মথুংমক্লা সেমজবা
হৈগী লৈগী নীংথিবা কোল।

থীল্লনি ম্নাইবুং
কান্ননি লাইবুং
হৌরনি হরাউ
মালং নোংলম পৃস্নিল।

উরক্লে হরাউবা কুম্নাং কুনগা মঙা—
খোঙলৈ চানা খোংদে পেনা,
খোক্লৈ তানা শক্তে কনা।
সাদে জগোই খৃঙেক চুম্না,
পুদে খোঙথাং খোঙলৈ তানা।
শক্লৈ খোনগায় মনীং তম্না
থেক্লে খৃঙেক মদোম তানা।
থাংনৈ খোঙথাং তানগায় শূনা
করি তারি খন্দে কনা।

কায়নীংলগা কায়জো সুর
হোনিংলগা হোজো তাল।

চোংলগা লোইরে ইনীং তম্না
লাউরগা লোইরে ইবুক পেন্না।
মীগীদমক সাবরা
ইশাগীদ নত্তরা—
পূনৈ লোইনা মীপূম থূদিং
নীপা খঙদে নূপী।

সানৈ জগোই অতুম মানা মানা থোকপা,
শক্লৈ ইশৈ অতুম মানা মানা পাম্বা।
য়েংদে ভাবুক খন্দে মীয়াম
কৌরি সিদু লৈবাকনিংথৌ পনগী হরাউ তয়াম।
পেন্দে থম্মোই—সোমৈ মীয়াম,
সিন্না যুরুম যুরুম লৈবাকনিংথৌপনগী তয়াম!

লুবনরা খঙদে ইমা অশৈবি নঙ্গী সুরনা
খঙদে ওক্ত-শিংদবনরা মপারি নমোমশিংনা!
মমল লৈতে হরাউ তয়াম,
পেন্ত্রে থম্মোই লৈবাক মীয়াম।
সোমৈ সিন্না নীংদম কূম্মৈ,
মান্দুম মাল্লি সিদি ওারম কূম্মৈ।
থীরে থারে কূম্মৈ,
তলে পেলে কূম্মৈ—
সিগী ওইরেকো,
সিগী ওইরেকো!

ওক্লে ইমা কূম্মৈ উরক্লিবা কুম্মাং কুনপা মঙা—
লুরে ওক্লো নঙ্গী মূর,
লুরে হোংলো নঙ্গী তাল।
ওঃ লাল্লে ইমা লাল্লে—
পাল্লু ইমা পাল্লীংবা মূর,
পাল্লু ইমা পাল্লীংবা তাল,
থাংগু ইমা থাংনীংবা খোঙথাং,
থেকউ ইমা থেক্লীংবা খূথেক,
ননীংনি,
পাম্থোইবীনি নংদি ইমা!

পীনৌ ইমা ইনবা ঙঘদদি,
পুবা ঙঘদদি!
নঙ্গী জগোই নঙ্গী মূর,
নঙ্গী খোঙথাং নঙ্গী তাল,
লোইরে 'হূনা ইমা,
লোইরে 'হূনা ইমা!
সাউ ননীং ত্তৌ,
ননীংনি ইমা ননীংনি!
পাম্থোইবীনি নংদি ইমা
পাম্থোইবীনি নংদি!

———

# য়াকৈ-পরেং

## মাপল

(করি জগোই)

করি জগোই হন্দক্তি ইমা,
ইশৈনা করি !

থম্মোই শুম্বা রাহোং জগোই সাগে ইমা ননীংনি,
থম্মোই খুকপা পানবা চেগপ চোংগে ইমা নঙম্রি,
সানীংবদ সাউ ইমা সানীংবদ সাউ মঙম্রি,
ননীংনি ইমা ননীংনি,
পাম্ভোইবীনি নংদি ইমা।

নোংজানা ঈচিক হল্লকপা,
নোংক্ষাইনবা থাবল খোল
লিরি ইপোম্ররকপা
থাশীগী নুংশিরবা খোম্থাং পাল
শক্তে শকউ ইমা ননীংনি,
ননীংনি ইমা ননীংনি
পাম্ভোইবীনি নংদি ইমা !

নোংজা তাংলোনা শুক্লকপা
মৃশিনবা মরুম থুপ
মালং নোংলম নিক্লা খোল

ঙংলকপা পানবা মখোল
অথুকপা
শকে শকত্ত ইমা পাল,
ননীংনি ইমা ননীংনি
পাম্থোইবীনি নংদি ইমা।

নঙ্গী মীংথিবা থুংসেম,
মঙ্গী মুংশিবা মালেম
ঈংনা সেমগে ননীংনি
শানা লাকে ননীংনি
মঙ্গলগী মঙ্গল ঙাক্তনি।
ফুরে ফমা চথবা
ফম্রে শানা লোইশিনবা
নোংহোং অমুক মহোবা
ইমা নঙ্গী নঙম্নি
ইমা নঙ্গী নঙম্নি!
সানীংবদ সাত্ত ইমা সানীংবদ সাত্ত ইমা
ননীংনি!
শক্লীংবদ শকত্ত ইমা শক্লীংবদ শকত্ত ইমা
ননীংনি,
পাম্থোইবীনি নংদি ইমা!

সেবাগী মিংদা থংলি লঙবদ,
সত্যাগী মিংদা চংলি 'পৈবদ,

ধর্ম্মগী মিংদা তৌরি 'মকপদ,
কুইরে মাঙখরে অহিংসাগী অ !

চীন্না তৌনৈ লৈবাক্কী সেবা
খূৎনা চৎলি মশাগী সেবা।
পুনৈ রাখল ঐসু লৈবাক্লি
ইচা ইশূশিংসু লৈবাক্লি।
তৌরিদনা লৈবাক্কী সেবা।
লৈত-লাইরা অরা অনং
মরাম্নংনি কমদৌনি,
নংনা পোকচরম্মন রাজবনি।
অহ্ মঙায় অতোন অতা
মরাম্নংনি কৈদৌনি,
তোম্না তানা পোক্লমন রাবনি।

নুঙাই য়াইফ খূৎকন পাংগন
য়েংদবা য়াত্রা মখোয়রু !
লৈত' য়াত্রা মীচঙ সঙ্গল
লৈবাক্লিনা মখোয়শিংসু।
মীকপ মীরাউ তেংথা নাউওই
মবুক অতুক মফাবিসি,
মায়োক খিতুং মথাবিসি,
কৈদৌজরনি করি ওই।

মমাম্নদা মোমোন মবুক্তা হু
মচীন্দা খোইহি নাকন্দা থাঙ

মশা মশাগী পূজ্ঞা অশোন অনাগী ঈ--
লোইরে ইমা, কংলৈপূং
লোইরে ইমা কংলৈপূং
নঙ্গী কংলৈ সনা'পূং !

সেমজিনগে ননীংনি
নঙ্গী লৈসেম মন্ত্রনা—
অঙৈংবা জগোই,
অঙৈংবা ইশৈ।
শাদোকে ননীংনি
নঙ্গী শাদোক মন্ত্রনা—
অকিবা জগোই,
অকিবা ইশৈ।

ফুক্তোক্লগে নোংলৈ সা,
চাকথেক্লগে নোংথাং সা,
লিংলগে মফমদা অনৌবা চাক্ল
থানবি উংপূংথক্তা নীংথিবা হাল্ল,
ননীংনি ইমা ননীংনি,
পাম্থোইবীনি নংদি ইমা
পাম্থোইবীনি নংদি।

থীজনি ইমা থীজনি,
সারো সানীংবা জগোইমা,
শক্লো শক্লীংবা ইশৈমা!
খোংগে খোংলো তুম্বা শেল

গুম্মোঃ লোইনা তাঙজলিন।
খোংগে খোংলো লোম্মিন পেনা
গুম্মো লোইনা লানগোই শাম্।
চোংগে চোংলো মৈবূল জগোই
তকথাম্নরো লোইনা পাম্মা কৈ।
নপ্রে ইমা সাগৎলো,
শিবানীনি নংদি ইমা,
শিবগী অকিবা জগোই
শিবগী অয়োইবা জগোই।
শক্লো ইমা শক্কংলো
শিবগী অকিবা ইশৈ
শিবগী অয়োইবা ইশৈ।
চোংলো অকিবা খোঙথাং
ওল্লো থক থা কংলৈপুং
চিংলো মৈবা নিংশা সোর
চাকথেক্লো তুম্মা সনাপুং!
ওল্লসন্ন উৎপুং—নীংথিবা হার,
লিংলো ইমা নোহো—অনৌবা চার!
সারো ইমা সানীংবা জগোই
শক্লো ইমা শক্লীংবা ইশৈ
ভৌরো ননীং ননী'নি ইমা,
পাম্মোইবীনি নংদি ইমা,
পাম্মোইবীনি নংদি।

# য়াকৈ-পরেং

## তরা

### ( ফরিয়াদ )

খুরমজৈ ইমা ভারতেশ্বরি,
পোবিনি পলেম নচাগী ভক্তি।

তাকথ্রো অমন্বা
লাক্লো অঙানবা—
শকখি নংনা চঙখি থোগল সৃষ্টিগী য়াকৈরোল,
থোকখি কোরো লাকখি মঙাল তাঙৈ নঙ্গী শৈরোল।
নিনখি তুংইন গায়ত্রীনা নঙ্গী তিয়া মকোয়,
ইনুং খুদিং সামগান্না পলেম নঙ্গী লৈকোয়।
য়েনখি মংনা জ্ঞানগী মঙাল পীখি ধর্ম্মই দীক্ষা
নীংথিজবা শান্তি মন্ত্র জগত্তা অহিংসা।
কৌথৌ নংনা যুগ খুদিং যোগনা ভগবান,
কঞৈ নশা কল্কি মালেম তাঙৈ হেক হেক অকাল।

পোকখিবনি গোতম
থোক্কালগী মশক্তম
পলেম নঙ্গী পীবুক্রুংদা—শেংলবা ক্ষীরদ,
তোথি নিন্দা জীবহিংসা ধর্ম্মগী মমিংদা।
চেনখি মপাউ নুংশিবিয়ু মতু শোনবা জীব,
থঁত্তি চৈনা থাঁত্তি বানা মীশুম মথোয় পূম্বা।

মাঙদে কর্ম্ম থক্ত্র্ লেয়া মশাই খুৎলং লম্মল,
চায় 'দুনা হিংসাসু হিংসা মশাই খুৎলং লম্মল।
লৈরোই লোইবা হিংসাই খোংগ্রেং লঙথরুনু হিংসা,
খঁঙ্ ধর্ম্মনি অথোইবা জগত্তা অহিংসা।

ভগবান শংকর
সাক্ষাৎ মহেশ্বর
পোকখিবনি মাসু নঙ্গী সনা পীবুরুংদা,
য়েনখি নোহোনা জ্ঞান বিজ্ঞান পরজ্ঞান জগত্তা।
শান্নে ব্রহ্ম জীব ওইনা মশাগী মায়ানা
চুপ ১ মশাগী আনন্দ অদুম্মা মশানা
তাকখি অতিয়া মকোয়না মশা লেঙবা লৈত
তারুঙম ঈকোয় থুংনসু অদুম্মা ঈশিংদা
ঈরীক খুদিংদসু য়েনা অদুম ঈকোন্দুদা
হেল্লি ব্রহ্ম থম্মোই থুদিং ঙাল্লি জগৎসিদা।

লাকুম্বদাই গৌর
প্রেমগী অবতার
শকুম্বদাই জাতি বর্ণ লৈতে ঈশ্বরদা,
অশেং অসাঙ অতোন অতা চঙদে করিমত্ত।
ব্রাহ্মণ ক্ষত্র বৈশ্য শূদ্র শকখি পুন্না কীর্ত্তন,
য়াখি শরুক হরিদাস চিংখি মকোক যবন।
প্রেমগী মশক্তি ভগবান— নুংশিয়ু জীববু,
সাধন্নিদো খঁঙ্ প্রেমগী— ফগনি মহাকপু।

শকশি প্রেমাবতার গৌর— ওনখি জগৎ মচু,
লৌখি প্রেমগী মশক ওইখি প্রেমভক্তিগী মপু।

লাক্লম্মি নহ্ পবু
স্বামী বিবেকানন্দ—
চৎনবরা থঙদে ম্লেনগে গীতামক্লা ধৰ্ম্ম !
শকখি ঈহীঙাক্লি জগৎ— চৎলু সেবা ধৰ্ম্ম।
সেবাগীনি খঁঙ্ পুনশি— মাঙহনগনু নপোক,
তৌ সেবা চাও পোকচরমল— ম্লাইফজনি নপোক।
লিংখি মিশন মালেম থুংনা— চৎখি সেবাধৰ্ম্ম,
পাবি লাম্লেঙ অনা অয়েক— ম্লেংদে জাতিধৰ্ম্ম।
ম্লোকপি কোনবি অতোন অতা পীবি শিক্ষা দীক্ষা,
ম্লেল্লি লেপ্তে মানবধৰ্ম্ম পীরি জগৎ দীক্ষা।

চৎলম্মি ঙরাংদসু
ত্যাগগী মশক অমা,
'খোয় জাতিগীনা ইপা
জগৎকীনা মহাত্মা—
মখোঙদা অচম্বা খুরুম মখুৎ ম্লেত্তা চৈত্ত,
মখাংদা খুদৈ অচম্বা কুপ্তবা মখুউ,
নম্না অচম্বা ফিরাংমা ৱানা ম্লৈবা নীংক্ল
ত্যাগদ ত্যাগগী শকফম অমা
চৎলম্মি ঙর ংদনি ঙরাংদ
খাম্লগী মহাত্মা 'খোয়গানা ইপা।

পূবনি জগৎ সত্য অমনা,
পুনবনি সংসার প্রেম অমনা।
তৌ সত্যগী সাধন সত্যগী পূজন,
তৌ প্রেমগী সাধন প্রেমগী পূজন।
নুংশিয়ু জগৎ পূম্বা নুংশিয়ু জীব পূম্বা,
নুশিবিগনি ভগবান প্রেমগী মশক ওইবা।
নুংশিয়ু হরিজন যুগনা তাথীনরকপা,
নুংশিয়ু মখোয়নি কুইনা খোঙনেৎনয়ক্লবা—
হাংলম্বদাই থোঙ মন্দিবই মখোয়দা বাপুজী
কোল্লম্বদাই মখোয়বু আশ্রমদা শবরমতী।

কদায় ইমা ঙসিদি নঙ্গী রাখল ক্ষিদম,
কৈদা চৎখ্রে ঙসিদি নঙ্গী মিৎয়েং পান্দম
পাল্লি ধর্ম্মগী মমিংদা অধর্ম্ম,
চৎলি কর্ম্মগী মমিংদা অকর্ম্ম।
চেল্লি অনৈবনা ময়ায়,
চেল্লি অরূবনা মতাই।
চেল্লি চৌম্না সত্যগী মপাউ
চৎলি থূৎনা মিথ্যাগী মপাউ।
লাউরি ধর্ম্ম'নি অথোইবা অহিংসা
তৌরি খোঙভম থূদিং অকিবা হিংসা।

চুপ্লি ঈ অশোনবগী অকনবা,
পাল্লি থেংনা পাল্লিরৈ অঙবা

ইথক্তা কাকয়েল ইখাদা ঙাপ্রুম।
লৈতে শাসন
লৈতে পালন।
চৎলি মনীং মীপূম থূদিং
তম্মি মনাং মফম থূদিং।
নৎপদি নঙ্রে মীরয়েল,
ওইবম্ তৌদে লাইরয়েল,
করি ওইরবা থঙ'তারে অহুম।

পকচদে সিদি নঙোন্দা ইমা,
পকচদে সিদি নঙোন্দা ইমা।
রারনি কনবা,
রারনি সেম্বা!
ফম্মো ইমা যোগাসন,
কৌরো ইমা ভগবান।
লাক্লসনু অমা সত্যই মশক,
লাক্লসনু অমা প্রেমগী মশক
লোইরবনি থঁঙু ইমা,
লোইরবনি থঁঙু ইমা!

লৌ ইমা নচাগী শোক্লবা ফরিয়াদ,
চাক্লবা থম্মোইগী কারবা ফরিয়াদ!

———

# লীক্লোই

( মীংলম্মিবোইদো পাম্মু নংম্ম ঐব্রু )

মীংসিংখি নোংমা
নুংশি চেংলোমা
মমখরবা চহী হুম্ফু মমাঙদা।

নুংশিবা মপাউ খবাম্না তাখিবা
ঙংলুই নুংশিনা কুইনা কাউরুরবা।
ঙংনা ঙংনা তাখি লাদা অগ্নমা
তাহৌরসনু নুংশিবা ময়েক্তা
অল্লুবরা পাল্লি মখৈ নুমিত্থা।
থেংনরবা য়াই নুংশি মগাকসু
থেংনরুবা য়াই ঐহাক ইশানসু
চারু খোঙভম পুনশিগী লাংলোন্মদা
অা তুংগী নোংমা কোবা নোং অমদা।
নুংশি নুংশি মখোঙ থাংঙমদনা থাং
চংখিবা,
পাম্মু পাম্মু মৈশা খাঁঙমদনা খাঙ
লৈহৌবা
ঐগী ইথম্মোই,
মাগী মথম্মোই
মানরবা য়াই
লীনরবা য়াই

ইমম ইগম মম্মা
খঙলুনি কনানা
মাগী খোঙ্গুল,
ঐগী খোঙ্গুল,
থুংনরুবা ম্যাই
নুংশিবা পন্থুং
থুংনরুবা ম্যাই
নীংনবা পন্থুং।

খুংখি খুংনীংখি নুংশি মাগী মপাউ,
তমখি তম্নীংখি নাপ্ল থৃদিং ইপাউ।
খুংলুই নোংমা নুংশিবা নাপ্ল'মদা,
থবায়না তাঙ্কবা
থংম্যাইনা তুংজবা
ঐদননি খঞ্জবা কা-নি'মদা।
পাম্লুবননি খঙদে মথম্মোইদা
শোক্লুবননি খঙদে মশাই প্রেমদা,
লৈখি তুমিন খহাক রাখন্নদা তাউ
খাঙ্খিদে রাগী মচেৎনি অমফাও।

চকখি কদৌরি,
করি হায়দৌরি!
য়েংলুই ইচম চম্মা ফল্লপি মায়থোং,
উরুই মক্লপকুম নুংশি মাগী মায়থোং।
লাকখি কল্লপ মপাউ কঙ্গাউরপ রাঙাও,

"ইথো অমা থোক্লু মথিংনা 'অমা'
পূ থঁঙ্ অমই অর্থ 'অতোপ্পমা',
হৈনিদনা কবিনিনা নত্তরা।"
হায়খি ঙাংলপ মায়থোং নোক্মি ইকাইথাঙ।

লাউখি থূক থম্মোইসে থোকঙমখিদে লোল,
লূরুক লৈদা য়েং সোঙখি শিমা খোল—
"নুংশিরম্মিবোইদো ওঃ নুংশি নংসু
নীংলম্মিবোইদো পাম্মু নংসু ঐবু"

———

# লীকখোম

( মণ্ডংলাংনি মণ্ডংলাং )

অমা—

নোংঙানবূং মখোল পুঙমজদবী
শিংগারৈ মতম নৌনা মাঙ্খিবী,
এহেল্লৌ-পুনশিগী নুংশি-চান্নরোয়
নত্তে পাম্মু মা—
অমনি অমা,
অমনি অমা।

লৈরিএ অমা নৌনা ফজবি,
মল্লিকা মতম নৌনা নুংশিবি,
য়াচঙ-পুনশিগী নুংশি-মরুপ্পোয়
মানি নুংশি মা,
মানি নুংশি মা—
নত্তে অতৈমা।

পোক্লবনি নুংশি মাদি মল্লিকানা—
তাগে নোকপা লৈরাং মানা মখোল থোক্লা,
য়েংগে জগোই মানা সাবা মবুক থোক্লা,
চুপকে রস মানা শকপা ইশৈ পেন্না,
সেম্লবনি নুংশি মাবু পাম্মোইবীনা।
মল্লিকানি— পোক্লবনি মল্লিকানা।

কিরুই য়াচঙলে পুনশিগী কোরো,
ওইরুমি কল্লি মূৎসমদাই কোরো।
ওইরম্লে 'হুবু নুংশিবা মতৌ
নুংশি মাগী মহাকথং,
নুংশি মাগী মহাকথং—
মহাকথংনি মহাকথং।

থোক্লি নোংজাবি নুংশিনা তঙাং,
হুল্লি লিরিনা নুংশিনা মালং,
খোংলি তাম-ন-তাম নুংশিনা চেল্লা।
শাংলি নুংশিনা নুংশিবা লৈরাং,
শক্লি নুংশিনা নুংশিবা শৈরাং,
শানুরি নুংশিনা নুংশিবা তল্লাম।

হেল্লী মল্লিকা নুংশিনা লৈকোল,
নোক্লি নাশংলক নুংশিনা মোমোন।
হুল্লি লিরিনা নুংশিনা মালং,
উংলিবোই শাথেক সাউ জগোই লৈ নং।
সারিএ জগোই ভঙ্গীগী পরেং,
ঈংনা নুংশিবা জগোইগী পরেং।

ভংলিএ খোইমু নাপ্লদা লৈগী
চিরিএ লৈদা নুংশিনা লৈহি—
পীনোবা নুংশি খোরাংথ্রে লৈহি।
হেম্মোইরৈ লৈরাং কেজনা নৌনা,

লীকথোর

লাংজরি লৈহি লৈজবা লোইনা—
পেঞ্জরি ঈখৌ কোকথরে নুংশি।

ফজবা জগৎ থোইনা ফজরি,
নুংশিবা জগৎ থোইনা নুংশিরি,
নুঙাইবা জগৎ থোইনা নুঙাইরি
নুংশি মাগী মহাকথং,
নুংশি মাগী মহাকথং—
মহাকথংনি মহাকথং।

খোংলকখি হারি হীক্লা মুংশিনা,
মাচঙলে কোরৌ ভাক্লিবোই হীক্লা
মম্লনি কুইদ্রে লোইরনি পূনশি—
মিংকী পিনা খৈ
মৈভাম্না রাখৈ
লোইররনি কুইদ্রে মম্লনি পূনশি।

ঈহৌখি পিরাং শিহুখি পিরী,
লেপখিদে ঈহৌ ভংখিদে ঈরী—
নুংশিখি পূনশি কল্লকখি পূনশি
নুংশি মাগী মঙুংলাং
নুংশি মাগী মঙুংলাং
মঙুংলাংনি মঙুংলাং

———